# নলিনি বাদল

(ড্রামা)

ইজবা—

শ্রীতাইয়েঙ্জম মনি সিংহ।

হৈঙাং লাই হরাওফম ময়া.

থফোংবা—পিশকমচা দেবী কুমারী জামীনি দেবী, অমস্তুং অইবা।

অহানবা নম্বা—১৯৭২. অক্টোবর ১৮ কাক যাত্রা।

কোপী ১১০০,

ফংফম—ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং।

নম্ফম—ধনেশ্বরি প্রেস, শগোলবন্দ মৈনো লৈরক ইম্ফাল.

মনিপুর।



মমল লুপা ২·০০



# হায়জনিংবা ৱারোল খর।

"নলিনি বাদল" তোল্লবগী "হুগী পোলাং" অমসুং 'লৈচিল্লক্তা পূর্নিমা" ফোংগ্রবা মতুং অহুমগুবা কোংবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি Govt. of Manipur, Director of Education না publioation Grant পীবিদুনা ফোংজবনি। মসিগীদমক্তা সিক্ষা বিভাগ অসিবু থাগৎচরি অমসুং খুরুমজরি। "নলিনি বাদল" সমাজদা করিগীদমক্তা ফোংলক্লীবনো অপাবতনা খংবীগনি অদুগুম্বু ঙাকপীগনি.......... ।

অদুগা লাইরিক অসি ঐবু পোকপীরম্বা ৺কুলবিধু অমসুং ঐবু পোকপী কৈনাহনবীগী মফমদা লৈশি লৈথোল য়াওদনা সেংলবা থম্মোইনা কচ্চরি লৎনবীগনু।

অইবা মনি সিংহ।

Hemochandra Nongthomba. A Student of B.A. D.M. college. Imphal.

ঐগী মুংশিজরবা মরুপ শ্রী মনি সিংহনা ইবা "নলিনি বাদল" খুৎইদা লৈরিঙৈদা পাক্সগ্রে। ৱাহৈ ৱাতা চয়বসু, নলিনি বাদল অৱাংবা থাক্কী ড্রামানি। লাইরিক অসিদা মুংশিবগা সমাজগী পলগা কনান্না হেন্না কনবগে হায়বদু উৎলি। অদুগা মরম মুন্না

খংদনা থাজবা অসিস্থ অৱাবগী মশক্কী হায়বসিস্থ উৎলি। অপা- বত্তনা "নলিনি বাদল" কৱিনো মশক খংবীগনি। তশেংনা হায়ৱবদা "নলিনি বাদল" ৱস কয়ামুক্ৰা তিল্লৱবা সমাজগী কাচিন কোয়া য়োৱবা মুংশিৱবা পাবা য়াৱবা অৱাংবা থাক্কী ড্ৰামানি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

অদুগা য়াম্না পনজনিংবা অমনা ঐগী চান্নৱবা, মুংশিৱবা Writer মনি অসিগী মৱমদনি —মহাক অঙাং ওইৱিঙৈদগী হৌনা লাইৱিক ইৱকই। মহাক্কী মশাদা খন্নবা অৱাংবা থাক্কী ৱাখল্ লৈ। য়াম্না ঙকপা অমনা মুমিৎ মঙানিদা ময়াই ওইৱপ চাওবা "অৱোইবা পিৱাং" কৌবা উপন্যাস অমা ইবা লোই। মসি ইশামক্ৰা খেংনৱবনি। মৰুপ অসিগী লাইৱিক খুদিংমক, মতম কুইনা চংনা ইদে। হৌজিক মৰুপ অসিগী ফোংদ্ৰিবা অইবা উপন্যাস, অমস্তুং ড্ৰামা পুন্না কুন্ত্ৰামুক স্তুৱে অসিদস্থ নত্তনা ৱাৱি- মচা শৈৱেংনচিংবা কয়ামৰুমস্থ লৈৱি। অমুক নহা ওইৱিবা মৰুপ অসিগী লাইৱিক মশিং অমুক য়াম্না লৈৱবা অসিনদি মৰুপ অসিনা মতম কুইনা হিংদুনা লৈৱবদি মহাক্কী অইবা লাইৱিক্কনা চাওৱবা লাইব্ৰেৱি অমা ওইৱক্কনি হায়বদা ঙক্লীংঙাই লৈতে। অদুগা মৰুপ অসিবু মতম কুইনা হিংদুনা লৈনবা ঈশ্বৱগী মফমদা খুৰুমজৱি। নোংচুপকী তোৰ্ব্বান্দগী খোংলকপা তান্নাগী খোঙ্গেল নোংপোক তোৰ্ব্বান্দা নিল্লৱি। অদুবু হন্দক্তি নোংপোক থংবা নান্দস্থ তান্না অমনা খোঙ্গদোৱি নোংচুপকী তোৰ্ব্বান য়োনবা দ ওইসনু ....।

# শক্তম

## নুপা

| | | |
|---|---|---|
| ১। | চাওবা | নবকুমারগী মপা। |
| ২। | ইঙোচা | শ্যামগী মপা ব্রাহ্মোন। |
| ৩। | উধোপ | ঠীকাদার। |
| ৪। | নবকুমার | ডাঃ M B. B. S.। |
| ৫। | শ্যাম | B. E। |
| ৬। | কুঞ্জো | ফত্তবগী শক্তমদা। |
| ৭। | কালি | কুঞ্জোগী মরূপ। |
| ৮। | বাদল | ইঙোচাগী মচা অঙাং নিপা মচা। |

বিক্কারিনচিংবা মীওই খর

## নুপী

| | | |
|---|---|---|
| ১। | চাওবী | চাওবগী নুপী ফত্তবী। |
| ২। | নলিনি | ইঙোচাগী মচানুপী ব্রাহ্মোন। |
| ৩। | সুনিতা | মহাজোন হিরাচন্দ্রগী মচানুপী |
| ৪। | ইন্দিরা | উধোপগী মচানুপী নিংসা। |

# নলিনি বাদল

## ১বা অঙ্ক।

## ১বা উৎপা।

মতম— অয়ুক চাক চানবা।

মফম — নবকুমারগী য়ুম বিলদিং।

(নবকুমার মাগী Reading Roomদা ফমদুসা পাওজেল খবর পারি। তাপ্পাসিদা বাদল কা'ডদা চেনশিল্লকই, মখুত্তা চে পাং অনি, পায়া অমসুং লংচাক অচোবা অমসু পায়)

বাদলঃ— তামো, তামো, (তেবলদা পোৎশিংদু থম্মী)

নবকুমারঃ—নত্তে নংগীসিবু তেলঙ্গা শাও হায়গদোরিবরো?

বাদলঃ— তামো হন্দকমুক্তি য়াম্না চাওনা শাবিয়ুকো।

নবঃ— ভরাং ঐনা শাবীবা অতুনা কদাই চংগ্রবা?

বাদলঃ— তামো ভরাংগীদো ঐনালবুক্তা অসুম পাইবদনে লং তৎখিদুনা চীং লান্দুনা অতুম পাইগ্রেদো।

নবঃ — নং লাইরিক ঔরাইদ্রমানেনে, তেলঙ্গা পাইদুনা লৈরমানেনে।

বাদলঃ— লৈত্তেয়ে তামো! লাইরিকস্থ ওরাইয়ে।

( মতম অসিদা চাকশঙদগী চাওবীগী খোঞ্জেল "ও ……
ইবুংঙো নবকুমার চাক লোইরে।"

নবঃ— ইমা চাক্কো সিদা পুথোকপীরক্লোবা।
ইবুংঙো বাদল, ইয়াম্বগা চাক চামীন্নসিকো নংগী
তেলঙ্গাদো চাক তোক্লগা শারশিকো।

বাদলঃ— তল্লি, তামো ঐ চাক চাররোই। এগী তেলঙ্গাদো
তামোনা চাক তোক্লগা শাবীয়ুকো। ঐ তামোনা
চাক চাবা লোইরগা অমুক লাক্কে ( চেনথোকপা )

নবঃ— ( ফারগা ) ঙাইখো বাদল নংনা এগা চাক চামিন্নশি
হায়রগা হেক্তা চেনখ্রিবা করিগীনো ?

বাদলঃ— অদুবুরো, ঐখোই ইচেনা তামোহোইদা চাক চারুম্ন
হায়। চারবদি ইচেনা ঐবু ফুগনি হায়।

নবঃ— আ… …. নখোই নচেনা হায়রিবনিনে।

(চাওবী থোরক্কুনা চাক তেবলদা থম্মী)

চাওবীঃ— ইবুংঙো নবকুমার চাক সিদা লৈরে ( থোকখি )

নবঃ— ফনি ইমা,। আ……… ইবুংঙো বাদল লাক্লো চারশে।

বাদলঃ— ( হৈনিংদনা ) তামো ঐ ইচেনা ফুগনিয়ে চারোইয়ে।

ননঃ— ইসে……. নোই ইচেদো ঐ ঙাংনগে করিস্থ ফুরোই
চারশে লাকও ( খুদাং পায়দুনা চিংশিল্লি চিয়ারদা
ফমহল্লি ) সে নখুৎ হাল্লো। ( বাদল মখুৎ হামই )
চারো চারো সে ইন্সাং মহি হৈবীগে চাক্ খোৎথো।

(বাদলনা চাক খোংথৈ নবকুমারনা মহি হৈবী)

বাদল:— (চারগা) ইস তামোখোইগী চাক ইন্সাংসে য়াম হাওইবো।

নব:— নোইদি নোই ইচেনা সিদগী হেন্না হাওনা থোংলিনিদা।

বাদল:— তামো ঐখোইদি অসিগুম্বা চাদেদো তল চায়।

নব:— (মুংশিনা) বাদল নখোইবু তল চাবরনে ?

বাদল:— উম তামো ঐ ইচেনা ফুবা তারেবো।

নব:— করিগী ফুগদৌরিবনোনে ?

বাদল: তল চায় হায়দনা তামোদা তমথোকপগী।

নব:— করিসু ফুরোইদা সে সিগৈ নং চারো।

বাদল:— হুম, তামো ঐ ওক্লেবো।

নলিনি:— (কাপ্পুদা চংলকই) বাদল, করিনো নংনা তৌরিবন্নুবু ?

বাদল— (কিনা) ইচে, তামোনা চাও হায়বনি।

নলিনি — ইবুংঙো, নং ইচেনা হায়বা ব্রা লৌদ্রেনেকো।

নব — নলিনি, মাবুদি চাজরোই হায়বনিদা, নংনা ফুগনি হায়দনা অদুদা ঐনা Froceনা চাহনবনি। বাদলগী মরাল লৈতে ঐগী ইরালনি। অদুনা বাদলদা পিগদবা দন্দিদো ঐঙোন্দা পিবা য়াগনি। বাদল সে নবুক পোকথাইনবা চাও (মহী হৈবী)

বাদল — তামো ঐ ওক্লেবো (হৌগৎলগা কিনা লেপ্পী)

নলিনি — ডাক্তর ওইরবনিনা লোম্নু হৈরেনে। ঐগুম্বী করিম্নু

লৈতবী অমনা অদোমদা দন্দি পিজব ইতিক নৎচদে।
(বাদলদা) নত্তে।
নংবু ফি হৌনবা লং পুদুনা চেনখ্রিবা করিগীনো মসি অঙাংশে য়োংনাওদো ঙাই মখুৎ য়াওরিবা।কদাইদা থমগ্রবগে লংদুবু ?

বাদলঃ— তু তেবলদা (খুদোম্বী থিল্লি)

নলিনিঃ— (লীরগা) শিমা রাৎপদা ফি হৌবা য়ারোইদৌরি-বনিনে।

নবঃ— অা ......... ইবুংঙো বাদল, লং অশে ফি হৌনবা ঙইরমানে (পৈশা পুথোরক্লুনা) শে নংগী তেলঙ্গাগী লং সুৎ লৈরুচো।

নলিনিঃ— শে শে লৌজরো (লংদুমদু তেবলদা থম্মী)

নবঃ— অদুদি পৈশাশে বাদল ইবানি হোরেন হোতেলদা .... .... । অা... .... ইবুংঙো নং য়াম্না রাওরে ইরুজরুচো নংনা ইরুজবা কারকপদা তেলঙ্গাশে শারম্লগে।

বাদলঃ— ঐনা ইরুজবা কারকপদা শাবা লোইরমলোকো (চেনখি)
(নলিনিনা য়েংলকপদা নবকুমারগা মীৎচানৈ। নলিনি থোঙ তন্না চৎলি)

নবঃ— অা ....... নলিনি।

নলিনিঃ— (ওনশিল্লক্লনা) করি তাকপিগদবা ?

নব:— নং ঐবু ইকাইবা পীগদৌরিবরা ?

(নলিনি পাউখুম পিদনা লুকথদুনা খোংগীনা লৈমাইদা তক্লী)

খুন্মু নলিনি ঐনা পিখিবা পোত্নগী চীনবালনা পাউখুম পীদ্রবস্তু চে মচেৎ অমদা পুক্লিংগী অরেপ্পা অমতং——।

নলিনি:—তামো নং ঐ য়ুমথংননা লৈরগা ——।

নব:— য়ুম থংনরগা মুংশিনবা য়াদবরনে ——।

নলিনি:—অদুবু সমাজগী পল, মৈতৈগী বামোনগা —। অদুগীসু মথক্তা তোল্লবীদি লাইরবি ব্রাহ্মন নিঙোল তামোনা ইনাক খুল্লবা ডা: M. B B S। নত্তে তামো নংনা ঐবু পোকমীন্নবী নচল অমগুন্না——।

নব: (রা থত্না) নলিনি মুংশিবগী মফমদা জাৎ বিজাতি লাইরা ইনাকখুনবা খাইদে। নংন বামোন্নী ঐনা মৈতৈনি মানা চীংমীনি, মানা হিন্দুনি, মানা মুসলিম্নী হায়দুনা তোঙান তোঙান তানবগী পুকচেল চেন্নরবদি ঐখোইগী লৈবাক অসে পুকচেল তিন্নবা অপুনবা লৈবাক অমা ওইবা ঙমগদ্রা ? নংসু ঐসু মী অমতনিনে।

নলি:— অদুবু তামো, সমাজগী চৎনবী অমা লৈরিনে।

নব:— মদুসু ঐ খঙই। চৎনবী অদো ঐখোই মীনা শেম্বনি। নং ঐনা বামোনগা মৈতৈগ লোৌনবা য়াই হায়বদু সমাজদা ফোংদোক্লগা লোইরেদনা।

(মতম অসিদা চাওবী থোরক্লুনা কা অদুগী মপান্দা রা তায়)

নলিনিঃ—অদুবু তামো নখোইগী অহল লমম্না পাম্বদি ঐগুম্বী লাইববী ব্রাহ্মন নিঙোল নত্তে।

নবঃ— নলিনি সংসারদা ঐগী নুপী ওইগদবদি নহাক্তনি। নহাক নত্তনা সংসারদা ঐনা পাম্না নুংশিবা নুপী লৈতে ঐদি নংগীদমক্তা ৎরাই অসে থাবা ঙমগনি। ঐখোই অহলগী রাদি ইরাই লাই।

নলিনিঃ—পঙলবী ঐবু অদুন্না ৎাঙ্কহল্লগা মতম অমদা মী গী থৌইনশিল নল্লগা নশাগী রাখলদগী লৈমন চল্লবী লৈ-রাংনি হায়রনা খোংহুল্লক্তা খোংগোইনবীরবদি

নবঃ— (নলিনিগী লুকথরিবা মাই থাংগৎপিরগা) নলিনি মদু ওইথোক্তবনি। নংনা থাজদ্রবস্তু ঐ থাং চিক্তনা রাশক্কে (তেবলদগী কৈজাংদু লৌরগা চীক্কে ত্তোই। তাঙ্খাতুদা কাত্তুদা চাওবী চঙলকই)

চাওবী—ইবুংঙো নবকুমার (নলিনিদা শাওনা য়েংই)

নবঃ— করি ওইবীরবনো ইমা (তেবলদা থাং থম্মী)

চাওবী করিস্তু নত্তে (থোংনাওরে মদা) হাই মসি ক ক অসে কালেনগী শারবা মতমসিদা খাকনা খাকনা খোংলিসে সাইরোং লৈতরা পাইখিগে হায়দেনে। করিনো ক ক হায়বা জাৎসে মমাই ইকাইবস্তু নাইদে। নলিনি করি থবক্তীনো ?

নলিনি—ইন্দোল ঐ বাদলবু কৌবা লাকচবনি

চাওবী কুইরেনা চৎখিবা বাদলদি চংখিরোইদৌরিবরনে নংবু।

নলিনি—চৎলনি ইন্দোন ( ইকাইডুনা চৎখি )

চাওবী করি ক্বাকনোনে ম'সবু চাবস্থ ফংলরোইদোবা স্মা...স্মা... ...এ—— এ—— পাইখ্রে। অমুক্মুক পাইরকঅনুকো ক্বাক অমুবী। নবকুমার নং অঙাং নত্রেকো নশানা ভাব তাও চংনদবা চংনবা ব্রাংমা লানবা থবক ভৌগস্থু নং নহৈ নশিং হৈরবস্থ ঐগী ইচানি। অহলনা হায়বা ইনগদবনি অহল মথিনা চফু মেনবনি। হুইবু চাক-খুমদা কুনবা ইমা য়ানিংদে।

বাদল—( ক'ডুদা চেনশিল্লকই ) তামো ঐগী ভেলঙ্গা শাবীরবরা ?

নব— আ ঐখোইগী লৈকোন্দা শারুরসি ( ভেবলদগী পোৎ-শিংডু পুরডুনা থোকখি বাদল হরাওনা তুং ইন্নখি )

চাওবী ( থবাক য়েংডুনা ) হিমাই পেম্মা, হিমাই পেম্মা.

চাওবা ( ফিংনা কংক্রে অমগা চেনশিল্লকই ) হায় চাওবী কৈ-দোরে ?

চাওবী মাঙলেদনা পুম্মাং মাংলে ঐদি নহানগৈ থংদে।

চাওবা— অডুবো করি ভৌরগে ( ঙক্লা মৈখু কামথোকই )

চাওবী ইস ...... ( কন্না ) ও........ মাই পাবুং।

চাওবা ( থংপ্রেক থংই ) ইয়া মরমদি স্থুকহাই হায়দনা।

চাওবী ও ....... ইবুংঙো নবকুমারশে হৈ শিংবী লাইর চুদৎনবী বামোন নলিনিনা খুৎশেম জাদু তৌশিনখ্রে।

চাওবা—হা....... করম্বা খুৎশেম জাদুনোনে ঙাওরকলদরো ?

চাওবী—নলিনিনা করিস্থু থংজদ্রিবা নবকুমারদা নুংশি খুৎশেম

তৌশিনখ্রে। অদুগা পুন্সি লৈপুল্ ওইনশি হায়দনা থাং চীক্লরিবা।

চাওবা—ইয়া······· পাখং লৈশাবী মুংশিনবগী থাং চীক্লবদুব।

চাওবী—মাই পাবুংবু লাইরবী বামোন নলিনিবু নমৌ ওই-নিংবরো ?

চাওবা—ওইনিংই, নংনা পাম্বা নমৌনা করম্না ?

চাওবী—ইনাক খূনবা অউনপোৎ য়াম্না উনবা অদু পাম্মী।

চাওবা—মদু ওন্নরে ইনাক খুনবা ঐখোইনা লৌগদবা মৌদি লাইরবা ইমুংদগী লৌগদবনি। লাইরবনা ইনাকখুনবা নিংঙোন লৌগদবনি। অসুন্না তৌরবতদা ফগদবনি।

চাওবী—এ, হায়রিবা রা অসিদি, জাৎ তিন্নদবী লাইরবী নলিনিবু লৌবা তারেনে।

চাওবা উম লৌগদবনি। চাওখৎলবা মতম অসিদা জাৎ বিজাতি খায়দুনা করি কান্নগনি। পুকচেল মান্নবা থম্মোয় শেং-নরগা লোইরে। ইনাকখুনবী নিংঙোলবু করিগী অদুক পান্নীবনো। ঐখোইনা পামগদবদি অফবী পুকচেল শেংবী অদুবুনে। পঙখ্রেদকো নংসে ( ঙাংনা ঙাংনা চংখি )

চাওবী—হি······ শিংলেদকো নংদি। উম অমা লৈরে নলিনিবু কুঞ্জোদা লৈগ্রবদি ইনাকখুনবদা ফাওরিবা মহাজোল হিরাচন্দ্রগী অমতা ঙাইজবী সুনিতাবু ঐগী ইমৌ শোই-দ্রবনি। ( কাদুদগী মপান থোকখি )

(তাপ্তা অদুদা কুঞ্জো নবকুমারখোইগী কোম্হোংদা ঙাংনা ঙাংনা চংলকই)

কুঞ্জোঃ কালি ভাই, বামোন ঔইরগা করি তৌগেনে ঐস্ন মী, নলিনিস্ন মী, নংস্ন মী (ওনসিনবদা ঙক্লা) ইসে ··· লাওনে, করিনো সুগৎলিবন্নবু . 'কালি সুগৎ সুগৎন' নুমীন্তা ওনশিল্লগা পোরক্লনা কুঞ্জোগী 'মমা' হেক য়ৌবগা ("হাকথি অনিরক খন্দোরকই ) ভাই তিন চোংলে (চেন্থোকই কমান্না মমাইদা তৈথোকই)

কালিঃ-(হাকথি খন্নাং খন্নাং) ভা····ই নুমিন্তা য়েংদ্রবদি হাকথি খনবা য়াদেনে (অমুকন্ত খল্লি)

কুঞ্জোঃ—ভাই তোক্লো হাকথি খনবন্ন চংলশি য়ের।

কালিঃ-(লম্বীরোমদা য়েংলুরগা) ভাই ঙাইখো (ফিরোন শেমজিল্লি ফুরিৎখাওদগী শমজেৎ মীংসেল পুথোরক্লনা শম হাৎলি। লম্বীরোমদা য়েংলুরগা মোমোন মে মোনস্ন নোকই)

কুঞ্জোঃ -(ঙক্লা) মসিবু মমীন্তা লাই উরবাজাৎলা

কালিঃ—উদ্রো আদা লাক্লিবশে ( শমজেৎ মীংশেল হাপচিল্লি)

কুঞ্জোঃ—(মুন্না য়েংলুরগা) কনানে। লাক্লিববু উদনে।

কালিঃ—নলিনিগা জাটিকুপ্পীগা স্নাবুল পুদুনা লক্লিবসে উদ্রো ?

কুঞ্জোঃ—হো····হো পুংহো হো পাংঙল চুহি য়োনবীসবু

কালিঃ-(য়েংলুরগা শকফম হঙ্গিন্না) ও···পাংঙল চুহি য়োনবীনিদনা অচচা দাও য়াদেদা। ভাই নহাল য়াওশংগী পেচকারি নুমীৎকী নুংদাং রাইরমদা ঐথোই ইচল নৈরেনসনাদো মমলি মমলিবা অদুদা নৈরক্তা মথন্তা চৎলম্মে হাওফি অমনা মকোক খুমজিল্লগা মদুদা ঐনা হোৎচিল্লগা অবের

মখায় অমগী লোইনমক তৈবনিনে, ভাই আবের তৈবা লোইরবা অমদি খুৎ পেল্লবা মতুংদদি ইচল লৈরেনসনা ওইরমলে। মুমীত্তুদগী ঙসি ফাওবা য়ুম চংদ্রি।

কুঞ্জো— নমাই থল্লবদি ইকাইবা নংই হায়বদু খংলেদনা মচলদবু অবের তৈবদা নত্তনা খুৎ শাংবা।

(তাঞ্জা অসিদা চাওবী ইমুংদগী খোরকই)

চাওবী—হৈমা কুঞ্জো কালি. কোন্তোংদা লৈরিবদুবু চংলকও।

কুঞ্জো—ফনি ইন্দোল (মখোই অনি চংলকই)
ভাই কালিগী রা রদা মুল্লুরে।

চাওবী—কাখৎলকউ Chairদা ফমমো (Chair থাই)

মখোই অনি ফনি ইন্দোল (Chairদা ফমই)

কালি—হুম ভাই কুঞ্জো ইন্দোল ঐ হক াংশে য়াল্লা লূমথরক্লে লবুক্তা চৎলুখিগে (কন্না চেনখি কুঞ্জো, চ'ওবী নোকহৌই)

কুঞ্জো—কুইরক্কনুকো. ইন্দোল নলিনিগী পুকচেল অসিবু নুংগুম্না কনগ্রবরা। প্রন্নমক মুঙদা ঈশিং চাইবগুম তারবরা . নত্রগা মাগী লোন্না Love লৈরবরা?

চাওবী—No No নলিনিগী Love লৈতে। করিগী মুঙদা ঈশিং চাইবা তাকুগনি। ইন্দোল লৈরিবা অসিদি। নলিনিবু নঙোন্দা পিবা ঙমদ্রবদি ইন্দোল ঙক কেনগে।

কুঞ্জো ইন্দোল মশানদি য়াদে করম তৌগদৌরিবা।

চাওবী—য়ারিবমখৈ থেমগনি, য়াদ্রগা জিপতা কোক।

কুঞ্জো—ইন্দোল তোক্লসিদা. ঐখোয়গী মরুপ অমস্ত নুপী চৌংলুবদগী জেল চংখ্রে। অদুগা পৈশাস্থ কোকশোং অমা তিংবা।

চাওবীঃ—নিপামচা মান্দেদা। থা অমা লোত্নুনা থম্বদা পূকচেল ওললোইদোবা লৈরমগদ্রা হৌজিক্কা নুপীদি পুকচেল য়ান্না থেল্লাবা জাৎনি।

কুঞ্জোঃ—খংদেদা ইন্দোন বামোন্না মৈতৈদা ওংবা।হে সমাজ, হে অপাম্বা, হে নুংশিবা, হে য়াবীদবা, ব্রারেদ-কা ঐদি।

চাওবীঃ—ইসে নিপা মান্দেদ' (লম্বীরোমদা য়েংলুরগা) হায় কুঞ্জো নলিনি থোঙগান্দা চংলক্লে।

কুঞ্জোঃ হা...! ও—(ফি শেমজিল্লি মুন্না য়েংলুরগা) হনথ্রেনে হে।

চাওবী:—(কৌবা) ও— ইবেম্মা নলিনি শিদা অমুক্কা চংলকখো।

কুঞ্জোঃ—ও—লাক্লে লাক্লে (লেন্না ফম্মী)

নলিনিঃ—(চংলকই) ইন্দোল করি ত্তাকপিগদবা?

চাওবীঃ—অরাংগী হনুবাদগী পানামা উপু অমত্তা লৈরুচো।

নলিনিঃ—ফগনি ইন্দোল।

(অমরোমদা চাওবী অমসুং কুঞ্জো মীৎ খৎনরি)

চাওবীঃ—(কৌশিন্নবা) ইসে পুথ্রিদা লিক কাওরমালে (চনথি)

কুঞ্জো:- নলিনি সেন অচোইবা য়াওদ্রে লুপা চাম্মা অশে শে।

নলিনিঃ—চাম্মাগী অচোইবা লৈরমলোই হনখিবদা তুকান্দগী লৈবীরো (চৎলি)

কুঞ্জোঃ—ও... ইশে মঙা চৎপি অমা য়াওরমলে অরেম্বা অদুনা লডু ওইনা লৈবীরকও। (পী সেন্দুগী মখাদা চিঠি অমা য়াওই নলিনি সেন্দু লৌই]

নলিনিঃ—আ⋯চে অমা য়াওরে (হুনজিল্লি)

কুঞ্জোঃ—(খুল্লগা) নলিনি পাখংগী থম্মোইগী অশেংবা লৈরাং নাচোম্নী মীৎকী পিগা লোইননা লেংথ্রবনি অয়ুক্তা লৌশিনবীযু।

নলিনিঃ—তোল্লবীগী অশা থাদোকপিবো। মতম চাবিগৈ কাই-দোংফম উশা গিবীক। মৈতৈ লৈবাক পাক চাওবনি। মতিক চাদবী ঐগীদমক্তা মতম মাংহন্‌বীনু লৈচিন্দ তেন কাপ্পা তাডুনা তোক্কনি তোল্লবিবু অশা শৌবদি (চৎখিবা)

কুঞ্জোঃ—(য়েংলুরগা মরাইবক্তা থুত্তৃন্না সুবা) করি লাইবক্লো ফুদিত্তা মাংজোং চোংবা ঈশিং ইচেন্দা হনগনো নিং তেকথোক্তুনা চেনবা তাডুনা তোক্কদৌরবোইদো। হে নৌরবী লৈরংগা পাংথক ওইবী অদুবু মনুংদদি ব্রজগুন্না কল্লবা থম্মোই। করম্বা খুৎলাইনা করম্বা শক্তিনা নংগী থম্মোইবু জয় তৌবা ঙমগদগে তাকপীযুনে ঈশ্বর। নত্তে ঐগী শকশিবুঁ য়েংবা য়াদ্রবরনে (মীংশেল পুথোরক্তুনা য়েংই তাঞ্জা অসিদা চাওবী চংলক্তুনা কুঞ্জোগী মতৌ য়েংই) ফজৈ হায়বা ৱাজেসখানাগী মাইথোংনা ঐগী মাইথোংদগী হেনগদ্রো ?

চাওবীঃ—ইবুংঙো কুঞ্জোগীনা হেল্লিদা তৌবদবু ঙা থোংবদা থুম নমদবগী ৱানি।

কুঞ্জোঃ—এ—ইন্দোল দিন্দা নুংঙাইত্তবা, ওন্থোক্লা ইকাইজথ্রদা!

চাওবীঃ—মাগী পুচেলদুবু হান্নদগী করিমতা ওন্দ্রো ?

কুঞ্জোঃ—ইন্দোল সুংদা ঈশিং চাইববু পেলকদরনে।

চাওবীঃ—অদুবো—(কোম্থোংদা য়েংলুরগা) আ— লাক্লে

নলিনিঃ—(চংলক্তনা কুঞ্জোদা) সে লড়ুদি য়াওরমদ্রে (পিরম্লগা চংখি)

কুঞ্জোঃ—ইন্দোল নলিনিবু ঐগী হেক ওইহনবদা লুপা লিশিং মঙা পিগনি। সে ইন্দোল লুপা চাম্মনি ক্বা লৈদুনা চাও। ঐ নলিনিদা ব্রা অমত্তা হায়রুগে (সেন্দু হুনজিনলম্লগা চেম্ঘোকখি)।

চাওবীঃ—(সেন্দু খুল্লগা) হৈমা লোৌরোইদা। প্রবৎ তাম্নৌ (সোঞ্জবা) সেনস্থ ফংবা নিংবস্থ থুংবা নলিনিবু চিংহন্দবা য়াদে। চিং-থ্রবদি স্থনিতা ঐগী ইমৌ শোইদ্রে। (লেপ্তুনা শোঙান্দ য়েংই।)

---

*Light*

# অনিশুবা উংপা

মতম—নুংদাং চাক ঈশিং চানবা।

মফম—শর্ম্ম শ্যামগী Reading Room.

(শ্যাম ফমদুনা লাইরিক পারি কাদুদা বাদল চেনশিল্লকই)

বাদলঃ—তাজো করিনো অমা য়েংগেরা ?

শ্যামঃ—করিনো য়েংগেনে।

বাদল:—( চেখাও অমদগী ফে.তো অমা পুথোরকই ) তো ইচে
নলিনিগা তামো নবকুমারগা লৈ অমমম পায়রগা
লৈরিবসে ফজদ্রা ?

শ্যাম: — (ঙক্লা) নলিনি নহাক....— ।

বাদলঃ- তাজো মুক অশংবনা ইবা চে অমসু য়াওরি।
(তংশ্লাসিদা নলিনি তুমিন্না লাঙুনা য়েংলি)

শ্যামঃ— বাদল, মদু কদাইদগী ফংলুই ?

বাদল:—ইচেগী মোনপাক মখাদগী

শ্যামঃ—চৎলু হান্নগী মফমদা থমলুচো (বাদল কিনা চেঙ্গেকখি)
নবকুমার নং ঐগী মকপ নিকো। মরুপ অমনা মরুপ অমগী
মচলবু .... । অগীসু মথক্তা বামেন্না মৈতৈদা ঙংবা য়াদে
হায়বসি খংদ্র মরুপ। অদুগা নলিনি নহাকসু খংনা খংনা
Love is blind ওইরবসু হন্না খলহৌগদবনি অম্মি খল-
হৌদবদি তুংদা কপ্পা (হংঙাইহনা থোকখি)

নলিনিঃ—(রা তারুরগা নিংঙমদনা) Love is blind ওইরবসু হান্না
খলহৌগদবনি। অসি খলহৌদ্রবদি তুংদা কপ্পা .... ।
(মতমসিদা ইঙোচা থোরকই মচাগী রা তুমিন্না তারি) ঐনা
তামো নবকুমারবু থরাইদগী হেন্না নুংশি। অদুবু লৌনবা
য়াদে খংনা খংনা করিগী মাবু ঐনা নুংশিরুরি। মসি
মহাক্কী মরাল্লা ঐগী ইরাল্লা। উম পৃথিবীগী মী পুন্নমক্রা
নালিনিগী মায়োক্তা লেপলবসু ঐনা মাবু থক থাদোক্লোই।

ইঙোচাঃ—(শাওনা) থাদোক্লোই থাদোক্লোই ওক্রবী লমহেনবী।

নলিঃ—পাবুং — — ।

ইঙোচাঃ —নং পোকপদগী বামোন নিঙোল খুদিংমকপু চেন্থহগন-দোরি। নংগুম্বী লাইরবী বামোন নিঙোল নত্তে, নবকু-মারগী মমা মপানা পাম্বদি ইনাক খুল্লবা মহাজোন হিরা-চন্দ্রগী মচানুপী স্থনিতাবু নবকুমারগীদমক্তা হায়না শিন-খ্রবনি। ইনাকখুনবগী চাকখুমদা হুইনা কুনবা ইপা য়েংনিংদে। নস্থং নমান্নবাগী কাদা য়েংলুগনু সমাজগী পলবু কিদবা ত্তোগনু। (শাওনা চংখি)

নলিঃ— (কপ্পা কপ্পা) ঐনা বামোন নিঙোল খুদিংমকপু চেন্থহনবা তারবা। ঐবুদি মখোইগী অহল লমন্না পামদে ভূক্কচৈ। হে নুংশিবা,, হে সমাজগী পল। ইতা স্থনিতাবু তামোগীদমক্তা হায়নখ্রবা কনানা কনাগী কাদা য়েংপা তাবিবনো (নবকুমার নুংস্থরুনা চংলকই নলিনিগী তুংদা লেপ্পী) ঐনা মাবু থাদোকপা ঙমলোই। অদুবু — অদুবু।

নবকুমার —অদুবু কদোরবা নলিনি।

নলিঃ— তামো নং বামে ন্না মৈতৈদা ওংবা য়াদে হায়বগী সমাজগী চাওরবা পল অমা লৈরি হায়বশি তামো নহাক খংব্রা?

নবঃ— মদো ঐ খংদবা নত্তে নলিনি খঙই। অদুবু নহাক নত্তনা ঐগীদি সংসারদা নুপী লৈতে।

নলিঃ— করিগী লৈতনি। তোল্লবাদগী হিরম খুদিংদা হেল্লবী অউন-পোৎকা য়ান্ন উনগদবী মহাজোন হিরাচন্দ্রগী মচানুপী স্থনিতা। স্থনিতাগা ডাঃ সাহেপকা লুহোংনবগীদমক্তা হায়না শিংনখ্রবা নত্রা?

নবঃ— মদু ওইথোক্কবা রানি নলিনি! ঐনা হায়রিবা অসিনি নহাক নত্তনা ঐ কনাগুম্বী অমতগা লুহোংলোই। পৃথিবীনা উৎ ওন্দুনা চাকনি হায়রবসু ঐনা নংবু থাদোক্লোই।

নলিঃ— মদু নংগী অরানবা লমহেনবা রাখলনি অহনগী য়াথং ইন্দুনা শুনিতাগা লুহোংবনা তামোগী অফবা ওইগনি। অদুগা তামোনা ঐবু পোকমীন্নবা নচল অমগুন্না… ….(কপ্পনা রা ঙাংবা থোক্কবা)

নবঃ— কপকনু নলিনি। নংনা ঐবু মুংশিবীরবদি চৎলশি।

নলিঃ— মদু ঐঙোন্দদি য়াম্না থাপন লৈখ্রে।

নবঃ— (ঙক্লা) নলিনি…. নংনা ঐবু করিসু মুংশিদে ঐনদা….। ঐদি নংবু ঙসি পুদুনা চত্রবদি (পিস্টোল পুথোরকপা) নমাংমক অসিদা—।

নলিঃ— ('কনা) তামো——।

নবঃ— নলিনি মুংশিবগী দমক্তা থরাই থাবা ঙমই হায়বশি খংহৌরো (কাপচগে তৌই)

নলিঃ— (ফারগা) তামো ঙসি নত্রবসু নোংমা।

নবঃ— মদু য়াবা তানফম নত্তে নলিনি অফবা থবক্তি য়েথোকনু হায়বা পাওরো লৈবনি চৎলশি।

নলিঃ— তামো—। অদুদি প্রবৎ খোংশালহৌরশি।

নবঃ— নলিনি (খুপাং পায়রদুনা কোম্থোংলোমদা চেম্থোরকই শ্যামনা তুংদা তান্নরকই)

শ্যামঃ— লেপখো নখোই অনি (মখোই অনি লেপ্পী) মুংদাং অসিদা

নখোই অনি মীৎ না তথক তশক্লা কদাইদা চৎকদৌ-
রিবনো? (খুমদ্রবদা) খুম্মু, মরুপ নবকুমার ইকাইগনু
ঐ অসে নহাক্কী মরুপ শ্যামনি। নলিনি নহাক মরুপ
নবকুমারগা কদাই চৎকদৌরিবনো খুম্মূনে পোকমীন্নবা
নবুং ঐঙোন্দা ইকাইরিবরে অমতা খুমদে নখোই অনি-না
পংলবরো?

নব:— ঐখোই অনি ইকাইদুনা রা ঙাংবা ঙমদবা)

শ্যাম:— উম, ঐ পুম্নমক ভাব তারবনি। বামোননা মৈতৈদা ওংবা
য়াদে হায়বশি নখোই অনি খংদবরা?

নব:— মদু খঙনা খঙনা ঐখোই ....।

শ্যাম:— চৎনবী রাংমা লানবগী সমাজনা ইস্তোক্কূনা অরাবা
তারবদি?

নব - অরাবা তারবসু ঐখোইনি নোক্লা নোক্লা মাইয়োক্লগনি।

শ্যাম —অদুদি নলিনিগী মরাল লৈতনা খাইনরোই, অদুগা
নলিনিগী মীৎলূদগী পিরাং শিন্নহলোই অমদি নহাক্লা
অতোপ্পা মুপীগা লুহোংলোই হায়দনা রাশকউ।

নব:— (পিষ্টোল পুথোরক্কূনা) ঐনা নলিনিবু খাইনরোই
নলিনিগী মীৎগী পি তাহল্লোই অমদি ঐনা কনাগুম্বী মুপী
অমতা য়েংলোই। পিষ্টোল অসিনা সাক্ষি (চিকপা)

শ্যাম:—ফরে, নলিনি নংসু নংগী নপুরোইবগী অরাবদা মায়োক
য়াগনি অমদি নপুরোইববু ঈশ্বরমক্লী খনগনি হায়দুনা
রাশকউ।

নলি:—(পিষ্টোলদু লৌরগা) ঐ পিষ্টোল অসি চিক্তূনা ৱাশক্রী তামোনা হায়খিবা ৱাহৈশিংদু ঙাকচগনি (চিকপা)

শ্যামঃ—অদুদি চংপা য়ারনি নখোই অনি, ঙাইখো নবকুমার।

নবঃ—করি — অমুক তাকপিগদবা ?

শ্যাম—ঐ অসে নহাক্কী কনানো ?

নবঃ - ইবাই (খুকমই নলিনিস্থ "তামো" হায়দুনা খুকমই)

শ্যামঃ - হৌগৎলু হৌগৎলু নখোই পন্থরগনু চৎলো (মখোই অনি চৎখি) নলিনি নং নশানা নশাবু ৱাভগে থৌৱাংলবোই পুন্নমক অসে Love is blind তুংদা করি থোক্লগবা (য়ুমলোমদা তপ্না তপনা চঙলকই তাঞ্জাসিদা স্থনিতা লৈ অমা পায়রদুনা লৈরকলোমদগী লাকই। তুমিন্না চংশিন্দুনা লৈ অদুনা শ্যামদা থাই অদুগা মরুম অমদা লোৎলি) কনানো (লৈদু খুল্লগা কোয়েং য়েংই) লোৎতুনা লৈরিবা নহাক ঐনা উরে খোরকউ। কৈ পোরক্তূবনিনা লোত্তূনা অদুম লৈহৌরো ঐ য়ুম চঙলে (থর চৎশিন্নৈ)

স্থনিতা:—(মরুমদগী, চঙলো চঙলো

শ্যাম:—(হন্দুনা য়েংই) হৌজিক্কী খোঞ্জেল অদুবু সুনিতাগী নত্রনে। নত্তে ৱাখলনরনে। ও.... ভাবননি ভাব কৈদা ঐসে (প্রবৎ চৎশিন্নৈ)

স্থনিঃ - (তান্নরক্তূনা) ঙাইখোও ভাব ফবিরেদা। নয়ুমদা লাক্লগা চাওরিরো ?

শ্যাম — হায় সুনিতা নং মুংদাংদা নথস্তা কৈদৌরিনো ?

সুনি — নং ইস্তুরবিয়ু লাকপা ওইনা য়ুমস্ু লাপ্লদবা অহুদা ইতা নলিনিদগী লাইরিক অমতা ৱায়গে লাকপনে।

শ্যাম — সুনিতা, লমহেনবী নলিনি হৌজিক্তা নবকুমারদা চেনখ্রে।

সুনি — ফরেদা নংগী ঐগী দশা অমা হৌখ্রে। অতুবু লৌনবা য়াদে করম তৌগনি অদুগা মৈতৈ ঐখোইনা বামোন নখোইদা ওংবদি চৎনৈকো।

শ্যাম — অতুবুদি চৎনৈ। Love is world নুংশিবা হায়বসি সংসার অমনি। নুংশিবগী মফমদা জাৎ বিজাতি থাইদে। অদুগা করিগীদমক্তা বামোন নিঙোলনা মৈতৈদা ওংবা য়াদ্রিবনো। পৃথিবীগী মী পুম্নমক অসে থম্মোইদি অমত্তনি।

সুনি — হোয়নে অতুব চৎনবী অমগী মখাদা লৈখিবনা লুখ্রে। অওইনি মৈতৈ নিঙোলনা বামোন্দা ওংবদি য়ারগা বামোন নিঙোলনা মৈতৈদা ওংবদি য়াদে হায়রি, অঙকপা সমাজনি।

শ্যামঃ — বামোন নিঙোলনা মৈতৈদা ওংবা চৎনদে হায়রি। করিগুম্বদা বামোন নিঙোল ঐগী ইচল নলিনিনা নবকুমারদা লৈত্তনা মখোইনা পোকলকপা মচা অদুনা লৈবাক্কী লুচিংবা ওইরক্লোই হায়নিংঙাই ৱা লৈতে। (তাঞ্জাসিদা বাদল চেনথোরকই)

বাদল:—তাজো — — তাজো লিলা পার্টি লাকহৌরে লিলা য়েংলুশি। অদুগা ইচে নং পাবুংনা চাক থোংবা থেংখ্রে

হায়রকপনি। (অমরোমদা সুনিতা ইল্লিবা ফিনা মকোক খুমই শ্যামগা ঙক্না য়েংনৈ তাপ্পাসিদা ইঙোচা শোরকই)

ইঙোচা—হায় নলিনি নংসু লিলা য়েংবা চৎকদৌরিবরনে ?

শ্যামঃ—(সুনিতাগা য়েংনরগা) হোই চৎকনি, হায়য়ে পাবুং।

ইঙোঃ—ফরে ফরে ঙসিদি ইপানা লুক হৌবা হায়বদুনি। নলিনি ঙসাইগী ঘিগী পর্টি অদু কদাইদা লৈহৌই ?

শ্যামঃ—(ইথক থক্না) পাবুং কৈনোদা লৈহৌই হায়বনি।

ইঙো—কদাইদা ?

শ্যামঃ—(থগৎখিত্তুনা) অ—শিংগৈদা।

ইঙোঃ—ইয়া ঘীগী পর্টিবু শিংগৈদা

শ্যামঃ—আ........কাংগগী হিদাক তুবিয়াদা হায়বা ওইরমানে।

ইঙোঃ—ঘিগী পর্টিবু হিদাক তুবীয়াদা।

শ্যামঃ—ও—তুবীয়া মনাক্তা হায়বনি।

ইঙোঃ—ইয়া। হায় নলিনি ইপানি চেংথোং কয়া খংদে উতোং মীরুক কয়া থোংগদগে ?

(অমরোমদা সুনিতা লৈফম খংদনা ব্রানা খাংলি)

শ্যামঃ—পাবুং উতোং মীরুক কুন, কুন্থ ামুক থোংবদাইনে।

ইঙোঃ—চরোদ হাইত, নংঙোন্দা হংবসু নত্তুনা। অদুক য়ান্না থোং-লবদি উসোপ মচা অমগা মান্নরেদনা।

শ্যামঃ—ও—ও—পাবুং উতোং মীরুক ৩ ৪ গা থোংবনি।

ইঙোঃ—অদুবু নলিনি নংদি মুংতিগী থোংলিবনি খংলিবনি উতোং মীরুক কয়া থোংবগে হা!

শ্যামঃ— নলিনিশে রা ঙাংবা য়াদ্রবনি খনাওদা পোন্নে।

ইঙো:—(পাখৎনা) হায় মখোইগী তোনশিলগা হায়বা অত্নুরনে কদাইনোনে নয়া কাখৎলু য়েংগে (তোঁস লাইত কাপ্লগা চংশিল্লকই মশক খঙলক্লবদা) ইয়া নং ওইরে। অঙাংশিংসে থোক তৌরেনা। হায় বাদল লাও চংলসি (খুজেং পায়দুনা পুশিনখি বাদল ইঙক ঙক্লা চংখি)

সুনিতা:—ইস....কৃষ্ণ কৃষ্ণ ইকাইখ্রেদা। হৌজিক্কীদুবু ঐনা ইকুবোক হায়দনা থোক খুরয়বদি ....।

শ্যামঃ—খুরমলবদি নং ঙসিদগী ঐখোয় ইমুংগী মীশিং চল্লমগদবনি। ইস লৈক্রক্লা চংনিংখ্রেদা

সুনি—কান্নদেসে লিলাদুম য়েংলুসি লাকও ইকাইববো পাৎপরা (সুনিতানা শ্যামগী খুজেং পায়রদুনা অমম্বা লৈরক্লা থোকমীন্নখি)।

*Light*

---

# অহুমশুবা উংপা

মতম—সুংথিল। মফম—লম্বী।

(লম্বী অসিদা কালি রাখল সুংঙাইতনা লাকই)

কালিঃ—হে কালি নং মাংজরেদো। মুপীনা য়াবীদবা কুপ্পোগা তিন্নবদগী মো মুথ্রবী ফাওবনা য়াবীদ্রে (রাখল থম্না

চৎলি তাঞ্জা অসিদা কুঞ্জো মাইকৈ অমদগী ৱাখল থম্না লাকই । মখোইনি থেংগাইনগে তৌবদা চপ লেপ্তূনা মীংচাম্নে তুমীন্না হেন্তোকনদুনা খোংফম অমা, অনি চৎলবা মতুংদা নৈশিন্নরক্তুনা চপ মান্ননা "ও ...... My friend" মখুৎ শোক্নৈ)

কুঞ্জো:—দেস ৱালি ওইরবোই নিংলুরে ভাই কালি ।

কালি:—অফ্রিকাগী নিগ্রো ওইরবোই নিংলূরে ভাই কুঞ্জো করম পাল্লি য়াইফরিদনা ।

কুঞ্জো:—কদাইদগী য়াইফগদগেনে । কুঞ্জোগী থুপ্লবা থম্মোই কাচিন্দা লাৎচরম্বা অশাগী বামোন নলিনি ফুকপ্রে ডাঃ নবকুমারনা কায়রে চাকথেক্লে হাংহোরে কুঞ্জোগী থম্মোয় (থবাক্তা কিন্না সুজবা)

কালি:—ঐস্থ ভাইগীদমক থনবদা থম্মোয় অসে সেং কায়রে, থাইবোক থায়রে পুমকাই কাইরে, তোইরে তাংগোই ওল্লে থম্মোইশে (খুতুম্না থবাক্তা সুজবা) নত্তে ভাই হয়েং লুহোংদৌরিসিবু ভাইগী ইনাওগী মচা নক্রো ?

কুঞ্জো:—ভাই তুমিন নৈয়ুনে লম্বা অসিদা (তুমীন্না) ইনাও মুপাগী মচানে হয়েং হোংগদৌরিশে । নাম্বা হাংডু তমগ্রবোই কুঞ্জোগী লাইবক (মরাইবক্তা কিন্না থিনবা)

কালি:—ভাই কুঞ্জোদা মুপীনা য়ারোইদৌবা মরম নৈ । (তাঞ্জা অসিদা চাওবী লক্ষ্মীসিদা লাকই ৱা তায়)

কুঞ্জো:—করম্বা মরমনোনে থো তৌরগা কোক্কদরা ?

কালিঃ—থৌ·তৌরগা কোকই হায়রবদি নহালনা তৌরনিনা এস্ন। তাও হায়গে— নম্বর রান য়ু থকপা, নম্বর টু জুরার শান্নবা; অমদি লগাও থাওবা, নম্বর থ্রি ষন হুরানবা অমদি পোকেৎ মার। নম্বর ফোর মীমাং পোমাং খংদনা য়ুমলক্তা খুলং ইশৈ শকপা অমস্তুং মমা মপা মবুং মৌপরাগী মমাংদা লৈশাবী লক্কবা অমদি মপুরোইবগী মমাংদা মুপী অতুদা "হোরেন্দি চাক হাপ্লরন্নু, আ" . ..দো মোন মখাদা লৈহৌখনি। হায় অঙাংদো দাইফৎ তৌবনি হৈনৌ পিজৌ হায়বা। নম্বর ফাইপ Proxy দা মেট্রিক পাস তৌবা অমদি **P.U.C.** দা ওমর ওইবা হায়রিবা মরম মঙা অসিনা ভাইবু মুপীনা য়াবীদবনি

চাওবী:—(তাঙ্গাসিদা কৌরকই) কুঞ্জো, কালি।

মখোই অনি:—(চপ মান্ননা লৈথোরকই) ইন্দোল।

কুঞ্জোঃ--ইন্দোল কয়া কুইবীরবগে লাকপিবা?

চাওবী—কুংজদ্রিদা নম্বর রান পনবদো মদাইদা লাকএ।

কুঞ্জো—ইস ওন্থোক্লা ইকাইজখ্রেদা।

চাওবী—কৈদৌবগী ইকাইজরুগদগে গুন মঙানা লৈতেংববো।

কুঞ্জো—ইন্দোলনদি নলিনিবু এঙোন্দা পীবা ঙমদ্রবদি ঙক কেনগে হায়বিখি হৌজিক্তি নমৌ ওইথোকখ্রে।

চাওবী—বামোন্নবী চন্দালদো ইমৌ ওইনিংদনা ওইবা নত্তেনে।

কালি—ওইনিংদা ওইনিংদা ওইখ্রে হৌজিক্তি। ভাই কুঞ্জোনা ওইনিং ওইনিং ওইদ্রে হৌজিক্তি।

চাওবী—কুঞ্জো, নলিনিবু মো হল্লকপী অমা ওইরবা মতম অদুদদি মৌনি হায়দুনা পাম্বীররোইদ্রা ? মানা লাকপসে মঙানিদা ঙাইরিদনা, ঙসিদগীনা নিনিগী মতুংদা মাবু চৎহনখিবা ঙমদ্রবদি চাওবী এ লৈগ্ররোই সংসারদা ।

কালিঃ—ঙমবীগদ্রনে, নবকুমারগা নলিনিগদি এক প্রাপ্নি হাইবদাইনে ।

চাওবীঃ—এ চাওবীনে, কুঞ্জো নংগীদমক্তনি খাইনদোরিসি করি খল্লি ?

কুঞ্জোঃ—খংদ্রেনে মো ওইখিবা অসিদা !

কালিঃ—ভাই, মো হায়বা লৈবরা, লৈশাবী হায়বা লৈবরা নুংশিববো । কৈনা ময়েক মাংবরা । নুপীগী নুপী অমতনি ।

কুঞ্জোঃ—হোয়দা অদো ইন্দোল খাইনবদি ঙম্বীগনিকো !

চাওবীঃ- হে, হে অদো ইবুংঙো কুঞ্জোগী ফোতো অমগা চিঠি অমতংগা ইন্দোলদা পিবা ঙমলবদি হয়েংমক শোইদ্রে ।

কুঞ্জোঃ—ফোতোবুদি য়াওরিনে, পু ারকপা। চিঠীদি কমদোবা ।

চাওবীঃ—(লৌরগা) লাও চিঠীদু অসাইদা ইরুসি এ মরোল হায়গে (চাওবী অমসুং কুঞ্জো চংখি)

~~কুঞ্জো~~ কালি—হে ঙকইদকো ইন্দোল চাওবী । মমৌ অসিবু মচা নিঙোল থাজবদোনা ভাই কুঞ্জোদা থাজগদোরি অদুবো কুঞ্জোসু য়ারিনে । ভুগ অসিবো মনেমবোক্না মমৌ থাজনরবা জাৎলা । মখোয়নি তিন্নরুবদগী সংসার অসে পুমঙক ঙকগ্রে । তিন্না লৈগা সঙ্গা তোরুবদগী ঈশ্বরগী খুয়া য়োই ।

ই:রাই হৈগা হৈতবগা শিমিন্নৈ অনদি ঐ শো'ই:দ্র (মতুং ইমখি)

Light

---

# মরিশুবা উংপা

মতমঃ—নুংদাং। মফম — সুনিতা'গী Reading Room.
(সুনিতা Chair অমদা ফমডুনা মোন্দা নুংঙাইনা ইশৈ অমা শংলি মতম অসিদা শ্যাম লাক্লূনা মীহুংথোং মপাদা ভান থারি)

সুনিতা—(ইশৈ লোইরবদা) করম্বা লোইদাম থাজদা ঐবু থম্মো য়গী পাম্মুবা শর্ম্ম শ্যামগী থোরানি ওইরক্কদগে (ফোতো অমা পুথোরকই অমরোমদা শ্যাম হরাওরি) হায়যু লোন-থোক্কবা ফোতো ঐ অসে নহাক্কী কনানো, খুম্মো খুম্মোমী খুম্মু য়াদ্রবদি লমহেনবা নমীৎশে কোৎথোকনি।

শ্যাম - এ ...এ....(সুনিতা শক্ল ইকাইনা থোংনাওদা শ্যামবু য়েংই) লোন্থোক্কবা ফোতো অদুদা মমিৎ কোৎথোক্লবদি অয়োম্মু হায়রক্লোই। কোৎথোকপিগে হায়রগা ঐগী মীৎ অনিসে কোৎথোকপিরো। লোয়দাম থাজা পংকুই কুইরোইদা।

স্নুনি—হৈমা ইকাইজরেদা, হুরানবা মতম চাদনা কৈদো লাকপী-
রিনো। মমল হন্থরন্নিনি।

শ্যাম—দোর হন্থরবনি নং, থোরকউ (মখুৎ খৎলি) হুরানবদি মতম
চাদবা কান্দদা লাক্কদবনি।

স্নুনি—(থোরকই) করি হায়গদবা লৈবগে মুংদাংসিদা

শ্যাম—ঐগী তুং ইল্লকউ অশ্বাইদা হায়গে (লম্বীরোমদা চৎলি)

স্নুনি —(তুং ইন্নৈ করিনো হায়রো, হায়রোমী। হৈমা স্নুম চৎথ্রে-
নেহে ঙাইখোও হৈমা জাৎ অমনিনেহে। নত্তে নংগীসিবু
চেনবা হায়দুরো হৌজিক্কি ঐ ঙমলোইহে হৈমা স্নুম
চৎথ্রেনেহে ঐ লৈহৌরগে। নত্তে চেনবা ওইরগনা
ফিরোল স্না লুপা খর লৌক্লখিগে। কনাগী য়ুমদা
থৈদোইনো খর লাপনা চেলহৌসিকো ঐগোই পাবুং জাৎ
থিবনি। হয়েংদগী মীনা থোরানি হায়রনি ইকাইখ্রেদা।
লম্বী ওন্নরে পুখ্রি মপাল য়োরে। (তাঙ্গাসিদা ইঙোচা
পুখ্রি মপালগী লম্বীদা ইশৈ শক্লদুনা লাকই। স্নুনিতা
অমত্তং শ্যাম ফমথৈ)

ইঙোচা:—(ইশৈ লোইরবদা) আ····মুংশিদা থাইনা পাখং ওইরি-
বৈগী মতমদো অমুক ফংলরোইকো। কল্লকইদা থাবল
ফরবা মুংদাং অসে থাইনা তোম্বীমচা খ্যোইদা কোইবদু
নিংশিংলকই (চৎখি)

স্নুনি:—ঐখোয় ইকুবোকসে পাখং ওইনিংমানে। (হৌগৎলকই)

শ্যাম:—স্যতা নংশে ভাব ফৈয়ে। ঐনা ঙাইহাক কুইথনা তুমিন্না

লৈরবদি নচাগদো পোক্লদনা অদগী নচাদুনগা এম,এ পাস তৌরদনা ।—

সুনিঃ—নত্তে চেনবা নত্রবো ?

শ্যাম – কদাইদগী ওইগদগে হয়েং ঐ বোম্বেদা B.E. তম্বা চৎল-গনি। মচুগীদমক মতম খর নংঙোন্দগী বিদাই লৌবা লাক্লীবনি ।

সুনি —ইস....থাপনখ্রেদা চহি তরুক থাপনৈ! নত্তে নংগীশিবু অওইবমক্কীরা চৎখ্রনুবা সেন য়াল্লা চংই হায়বদাই জেনরেল লাইন্দ অদুম চৎলোবা।

শ্যামঃ—অওইবনি সুনিতা ঐ হয়েংদগী চৎলগদবনি সেনবুদি য়াল্লা চংখ্রপোৎনি । অদুদা গবর্মেন্টকী মতেংসু য়াওরিবনি।

সুনিঃ— অদুনা ওক্কদরনে ?

শ্যামঃ – ওক্কে, অদুবু ঈশেল নবকুমারনা খর থংবিগদৌরি নহাক্কি কয়' থংবীগনি ।

সুনিঃ– ঐস্সু লুপা লিশিং অমদি তেংবাংগে। অদুবু শাংলবা মতম অসে নহাক উদনা ঐনা করম্না লেনবা! (হিক্লা হিক্লা কপ্পা)

শ্যামঃ - কপকনু ' 'নিতা মতম হায়বসে খংহৌদবনি। ঐনা চহি তরুক লৈরগা থোরকপা মতমদা খুদাং ঘড়ি লৈবীরক্কনি ফজরবা লিক কোন ফি লৈবীরক্কনি মতমদুদা নহাকসু তেক্কা কাইদ্রবদি বি, এ, দি পাস তৌরনি। নংসু ঐস্সু

তেক্তা কাইদবা ঈশ্বরগী মফমদা খুরমশি। নং ঐ চহি
তরুক অসে কাওনদনবা লাও লফু অসিগী মখোংদা মুংশি
ৱারি শারুশি (শ্যাম্না খুজেং পায়দুনা লফু মখোং তন্না
পুশিনখি সুনিতা শোরো শোরো শ্যামগী তুং ইন্নখি)

*Light*

---

## মঙা শুবা উংপা

মতম—অয়ুক। মফম— নবকুমারগী ফজরবা কা

(নলিনি chair অমদা ফবর অমা পারি ফোন্দ ক্রিং ক্রিং)

নলিনিঃ—[ফোন্দু পায়থৎলগ।) হালো হালো কনানো ও........
সোভাসিনি। হোই ঐ নলিনিনে হোয় চারে অ....ফনি
thank you (থম্মী ফবর মুক পায় মতম অসিদা কাদুদা
নবকুমার তুমিন্না চংলক্তুনা নলিনিগী মীৎ খুমজিল্লি। তাঞ্জা
অসিমক্তা চাওবী ফিংনা চংলকই। য়েংলুরগা থবাক
য়ৈদুনা তুমীন্না থোকখি)

নলিনিঃ—খঙলে থাদোক্লো থম্মোয়গী পাম্ম্বা।

নবঃ —থাদোকচরগেনে থম্মোয়গী পাম্ম্বী (থাদোক্লগা chairদা
ফমই) কনানো ফোন তৌরক্লীববো ?

নলিঃ— সোভাসিনিনা চাক চারবরা হংলকইবা।

নবঃ— করি ইস্নাঃ চাবগে হায়দনা হংলক্করো ?

নলিঃ (নোক্লগা) হংলকই অসেংবা অদুম হায়দোকখরে।

নবঃ— হৈমা লবুক থরোই চায় অদুম হাইগ্রবা

নলিঃ— উম,

নবঃ— কৃষ্ণ কৃষ্ণ নং ইকাইবা খংদ্রেনা।

নলিঃ— মীনম্বা ওইদবা ব্রা ঙাংবগা ইকাইবগা কনানা ফবগে অচুম্বা ব্রা ঙাংবনা মীনা ঈশ্বরনা চানবনে।

নবঃ— অদু ওইরসু, মতাং মতাংগী মতুং ইন্না অচুম্বা ঙাংগনি, অমসুং ওইদবা ঙাংগনি।

নলিঃ— হায়খিদেদা নতৌ য়েংগে তৌবনি।

চাওবী -( কাদুদা চঙলকই ) নলিনি, ডুকান্দাগী শাপোন খর লৈকচো। ইবুংঙো নংঙোন্দগী সেন খর পিখো। (থোকখি খুদোম্বী উৎলম্লগা)

নলিঃ— কদাইনো পিরো পৈশা।

নব — মঙা চৎপীনি। অরেম্বদুনা লডু লৈরকউ।

নলি— (লৌরগা) লৈরক্কে। অঙাংশু লৈতনা কনা চানবা (চংখি)

নব — মমা মপা ওইরক্কদবা ইবানি চারা লোইরেদনা (তাঙ্গা অদুদা চাওবী কাদুদা ফিংনা চঙলকই মখুত্তা ফোতো ১গা চিঠী অমগা পায়)

চাওবীঃ —নবকুমার নবকুমার। হরে হরে মাঙলেদনা।

নবঃ— (ফিংনা) করি তৌরবগে ইমা

চাওবীঃ — চিঠিশিগা ফোতোশিগশে নলিনিগী ফিরুক উপুগী মখাদা

চেৎনা লৈরম্বনি (নবকুমার ফোতে অমসুং চিঠিদা মুন্না য়েংই) ঐগী স্নাগী হৈরু পরেং মাঙখিবদুসু মাইবীগী লাইফাওদা হায়রিবনি ইমুংগী ওইগী লমদাংনা হুবনি হায়দনা। কৃষ্ণ কৃষ্ণ লাকখিশমু বামোম্নু বীদু।

নব—( নিংবা কাইনা ) নলিনি নহাকপু লমচৎ নাইদবী অমরনে

চাওবী—ঐনা হায়দরা, মমাংদৈদা লমচং নাইদবী বামোন নিঙোল অসিবু পুশিল্লকনু হায়দনা হৌজিক্তি করি থোক্লে। মাবু ঙসিমক খাইনগদবনি। প্রধান তাকলুখিগে ( হরাওনা থোকখি )

নবঃ— চুমই ফজরবা হৈনৌ অমুনবদা তিন করিগুম্বদসু চংই (মুংঙাইতনা লেপ্পী। তাঞ্জা অদুদা নলিনি কা অদুদা চঙলকই। মপুরোইবগী মতৌ উবদা রাখল ঙাইহাক খল্লগা খুনিং কাংনা কাংনা চংশিন্দুনা মপুরোইবগী মমীৎ খুমজিল্লি ) থাদোকউ নলিনি ( মখুৎ কনথোক্লই )

নলিঃ— কানাগী রাখল খল্লিবনো। শে য়া কাখৎলু লড় ইনবগে ( খাওদগী লড়ু লৌথোক্লগা চংশিল্লকই, নবকুমারনা লডুদু লাক্তুনা লংখাইখি )

নবঃ— চৎলু ওক্তবী কুপ্পোদা ইললুচো।

নলিঃ—( ঙক্লা ) করি তৌবিরবগে, ননাইদি ভাব তাজদ্রে।

নবঃ— ভাব তাজদ্রে……ভাব তাজদ্রে। ননাইগা হায়দনা ( মখাজাইদা খুপাক থাজিল্লি )

নলিঃ—( কপ্পা কপ্পা ) ইবুংঙো অমুক্তা তপথবীয়ুনে তোল্লবীগী ইরাল অদো অমুক্তা খংজখিগে।

নব:—নংগী নরাল হৌজিক ফাওবা থংজিন্নদ্রি। কনাগীনো ফোতো অসে (হুনজিল্লি)

নলিঃ—(খুল্লগা) কুপ্তোগী ফোতোনি কৈদৌরবগে ? (মতম অসিদা চাওবী চঙলকই, খ্বাং মেত্তুনা য়েংই)

নবঃ—কুপ্তোগী ফোতোনি। অরোনবা নপুরোইবগী নাক্তা চৎখ্রো।

নলিঃ - ইবুংঙোনা তাকপিরিবা অদুবু ননাইদি ভাব তাজদ্রে।

নব:- ভাব তাজদ্রে চিঠীসে পাউ (হুনজিল্লি)

নলি —(খুন্দুনা চিঠী প্ৰায়)

My dear secret wife.

নহাক্কী মফমদা য়াম্না লুবা ৱা থর হায়খিবনি মদুদি নহাক্কা ঐগী ফোতোদু য়াম্না চেকশিন্না থম্মু নংনা অহিংদা থোরকপা মতমদা য়াম্না চেকশিনগদবনি হয়েং নোংমাইজিং থাশিগী অহিং অসি হান্নগী চক্ক ইকু মখোংদা মহৌশাগুন্না উন্নশি। মতমদি হান্নগী অদুম্না বারোদগীনা পুং অনি ফাওবা অসিগী মনুংদা থোরকুবা হোৎনৌ। নবকুমার অমস্থং চাওবীবু হু পীজদুনা হাৎকনি হায়বদু হৈ শিংনা হোৎনৌ। হৈরু পরেংদু লুপা লিশিং অনিদা য়োন্থোকখ্রে। খোইদোকপা ৱা হায়জরোই পাবা লোইরগা মৈ থাদোকউ নহাক্কী Secrte husbaud K K S ( পাবা লোইরবদা ) অসিগী

ওইরে ইবুংঙোনা অদুক শাওরিবা। মবুক ফত্রবা কুপ্তোনা

ইবুংঙোগা তোল্লবীগা কাইননবা শিল্লিবনি থাজবীরুম্‌ন।

চাওবী - হো ইবেম্মা চেনবা য়াররোই। হুরানবগী ১০নি মপুগী

নোংমা। নংগী ফিরুক মথাদগী ফংবনে অবোক্লা। চো

চো নয়ুমদা! হৈরু পরেংগী সেন্দুনা নথিবোং ব্রান্দুনা চাওকো

নলিঃ— অবোক পুন্নমক অসে নমৌদি করি অমত্তা খংজদবনিনে অবোক তোল্লবীবু থাজবীয়ু। থোদোক অসে মংগুম্লে।

চাওবী—মঙগুম্লেগা হায়দনা! হাই বামান নিংঙোল লমশা হুরানবী, মীহাৎপী, ঐখোইবু হু পিজন্তনা হাৎকে ভোরম্বা অহিংদা কোইবী চৎখ্রো হোজিকমক।

নলিঃ—অবোক তোল্লবী নলিনিবু থাজবীয়ুনে (কপ্পনা ব্রা মথাতাবা ঙমদবা)

নবঃ – ইমা মীমাংদা টকাই তুমিন্না কোক চংহনখ্রগা লোইরে। নলিনি চংলো পস্তুরগন্তু।

নলিঃ— ইবুংঙো ননাইবু থাজবীয়ুনে ননাইগী ইরাল করিস্তু লৈ-তেনে (মখোংদা কোন্দুনা তেংথাই)

নবঃ— করি কপশিন লাওশিন্নবনা কান্নরোই। মরৈ অনি লোংবা লিন অমোম চৎখ্রো (খোংপাক্লা কাওই)

নলিঃ—(নাকন্দা মমাই য়ৈশিন্দুনা তুই) ইবুংঙো নহাক্লা ঙসি ননাই তোল্লবীগী অশেংবা থম্মোইবু মশক খংলন্নবদি নহাক্কী নলিনিবু অস্তুক থিনা তৌরমলোই। অদুবু ইবুংঙোগী থম্মোই অতিয়াদা থা থব্রানমীৎাকশিংনা তরং তরং থোক্লম্বদো খংহৌদনা অমুবা লৈচিল্লনা কুপশিনখ্রে। লোই-দাম থাবুম নত্রগা চহি কুমজা খরগী মতুংদা অমুবা লৈচিলশিং অদো পাইথোকখ্রবা মতুংদা হান্নগুল্লা ইবুংঙোগী থম্মোই অতিয়াদা থা থব্রানমীচাকশিংনা লৈতেংলবা

সংবান্নবা অতিয়া ওইরক্কনি মতমদুদা ইবুংঙোনা তোল্লবীবু ইরাল লৈতে হায়না নিংশিংলকপা ঈশ্বর নংনা পীনবীযুকো। হে ঈশ্বর নহাক্না অরানবা মীবুস্থ থৌজানবীয়ুকো অচুম্বা লম্বী তাকপীযুকো।

বাদল ( ফিংনা চেনশিল্লকই ) ইবাই, ইবাই ডাক্তর, বাবা কন্না ঙমহৌদ্রে লাকও চৎশি ( খুদাং পায়ত্না চিংই )

নবঃ—( মখুৎ কনম্ভোব্লগা ) লাকপা ঙম্লোই হায়যু। নলিনি নং এনা হল্লকপদা লৈরমগনুকো। ( চৎখি )

বাদল—( মচেবু উবদা ) ইচে নং কপ্লে করি তৌরে ইবাইনা ইচেবু ফুরবরো ( নলিনি মৌপরবু মকোক্তা নাল্লা নাল্লদুনা কপ্পী। বাদলস্থ কপ্পী )

চাওবী—চো চো নপামদগীদি করিস্থ পুরক্তবনিনা, উল্লক্তবনিনা পুনিংঙাই লৈরিরোইনে ( কাদুদগী থোকখি )

নলিঃ— আ··· তোল্লিদা লাইরবী নিংঙোল। ইচেগী ইবুংঙো নুংশিবা ইচেবু থাজোকো লান্না লোগনুকো চংলশি য়ুমদা, পাবুং করি ওইনা ঙমদ্রিবনো?

বাদল—করি ওইনা ঙমদ্রিবনো খংদে য়ান্না শোল্লে চাক্য অমতা চাদে। ইচে নং ইবাইগা ইনেগনা তাম্হোব্লব্লবস্থ এখোইদা নুংঙাইনা লৈশিকো ইচে। (মচিন মৌপা কাদুদগী তপনা তপনা মপান থোকখি)

*Light*

---

# তরুক শুবা উৎপা

মতম — অযূক পুং ১১ রোম তাবা। মফম — ইঙোচাগী যুম।

(ইঙোচা ইমুংদগী মাঙ্গোলদা চেশু অমগা থোরকই)

ইঙোচাঃ — করিনো কোক্না কোক চিল্লিবা। মঙ হানগা নুংঙাইত-বনে ও....মঙ্গোলগী খুদম ঙাক্তা। করি থোল্লগবা ৱাইদা হে ঈশ্বর। শ্যামনা B E তম্বা চৎখিবদুবু অনা অয়েক য়াওরবরা? (ফমেন্দা থারিবা অমনবা ফক্তদা ফমথৈ) (মতম অসিদা বাদল অমসুং নলিনি কোন্থোংলোমদগী চংলকই বাদলনা মপাগী নাক্তা চেনশিল্লকই। নলিনিদি তপনা চঙলল্লগা মপাগী নাক্তা লেপ্লী)

বাদলঃ — পাবুং ইবাই লাক্লরোই। এনা ইবাইগী খুৎ পায়দুনা চৎশি হায়দনা চিংবদা য়ান্না শাওন কনথোক্লগা লাকপা ঙম্রোই হায়রকই। ইনেসু য়াম্না শাওই। অদুগা ইবাইগা ইনেগনা ইচেবু মখোয় য়ুমদগী তান্থোরল্লবনি পাবুং।

ইঙোচাঃ—(ঙকা) নলিনি হায়রিবা ৱা অসিবু। নত্তে করিগীনো নংনা মীৎলুদগী পিরাং শিন্থরিবা (মতমসিদা চাওবী লাক্তনা তুমিন্না ৱা তারি)

নলিঃ — পাবুং নিঙোলনা মপামদা হল্লকপশে করিগুম্বদসু থোক্তবা নত্তেকো। (কপনা কপনা) অদুগা পাবুং নচাগী সেংলবা

থম্মোয় অসে লাম্না খনবা মী অদুদি শোইদনা লানবা ওইগনি। তোল্লবী নচাবু থাজবীয়কো। নচাবু খোংগাও-নবীগমুকো পাবুং। (মপাগী মখোং কোন্দূনা কপ্পি)

ইঙোচাঃ—হৌগৎলু ইপাগী নলিনি (হৌগৎপী) কপ্পগমু লান্দ্রগা লোইরে। অচুম্বগী মরূপ ঈশ্বর লৈরি। মসে ইপাদি নহাললনা খংলবনি নংগুম্বী লাইরবী ব্রাহ্মন নিঙোল. ইচাগী অউন-পোৎ মতিক চানা উনবা ঙমদবা মপা ঐগী ইচানা নবোক চাওবীগা লৈমিন্নবা য়ারোই। ইপানা অউনপোৎ মতিক-চানা উল্লয়বদি মসি পুম্নমক অসে থোক্লমলোইদবনি। পুন্নমক অসে লাইরবা নহাক্লনিকো।

চাওবীঃ—হি....হি....ওক্রবী নচানুপী অসিগী মরালদি থিদনা ঐবু অউনপোৎ পাম্বীগা হায়বা শারিসে চিঠী অসিগা ফোতো-গসে নচানুপীগী ফিরুক উপু মখাদগী ফংবনি য়েংউ (পিবা) (ইঙোচানা চিঠিদু তুমিন্না পায়। নলিনি ৱানা লেপলী)

ইঙোঃ—(পাবা লোইরবদা) কৃষ্ণ....কৃষ্ণ নলিনি।

চাওবী—খঙলেদনা হৌজিক্তি চাদনা মহাও খঙলুনু অহল কদাই মদু মীপুম খুদিংদা উৎলুগদবনি (লোরগা চৎখি)

ইঙো—নপুরোইবা লৈনা লৈনা.... হুরানবী মী হাৎকে থোরাং-লম্বা বামোন নিঙোল খুদিংমকপু নরক তাহনবী চৎপ্রো চৎলূ নং ঐগী ইচা নত্তে।

নলিঃ—(মপাগী মখোং কোন্দুনা কপ্পা) পাবুং নচাগী সেংলবা থম্মোয় অসিবু উবিদ্রবরনে পাবুং।

ইঙো:-- মীনা হাযরগা চৎলু (খোংপাক্লা কাওই নলিনি য়ৈশিন্দুনা ভুখি বাদলনা চেনশিন্দুনা কোনখৎপী) শাগী লমচৎ চৎলুবদগী তান্থোবক্লে। নং পোকপদা ঐ নরক তারে চৎখ্রো চৎলু শিজখ্রো।

নলি —(লাইবক্তা থোক্লিবা ঈবু মেনজবগা) পাবুং, লাইবক থিবী নচাগী সেংলবা থম্মোই অসিবু অমকপা লৈ হায়না লৌববনিনা অদুগা নচাবু তান্থোকপিরবনিনা নচা লাইবক থিবী নলিনি সংসার অসে থাদোক্তুনা চৎচখ্রগে। নচাগী চংজফম হাযববু নলিনিগী থম্মোয়বু উবীরিবা ঈশ্বরগী মফমদা। ইচেগী ইবুংঙো নুংশিবা নং লৈহৌরোকো।

বাদল —(মচেবু কোন্দুনা কপ্পা) ইচে নহ ক লাইবক থিবা নৌপাবু থাদোক্তুনা চৎখিদুকো।

নলি —ইচেগী ইবুংঙো নুংশিবা লাইবক থিবী ইচেবু খামলগন্নুনে বাদল। হয়েংমুক্কা মপোক লাংওল অমদা ইচিন ইপরা অমুক উন্নরশিনে ইবুংঙো। (ইঙোচানা বাদলবু ফাই বাদলনা কপ্পা কপ্পা "ইচে ইচে" হায়দুনা মচেগী নাক্তা হোৎচিনগদবগী হোংনরি)

ইঙোচা —খামলুদু ওক্তবী অসি শিজখ্রসনু।

নলি —পাবুং তোল্লবী নচাবু অশির্ব্বাদ পিনবীরোনে পাবুং (খুকমই ইঙোচা লৈথোকখি) ইচেগী ইবুংঙো নুংশিবা নং পাবুংবু লনা তৌকো। পাবুংগা তামোগনা হায়বা ইল্লুকো ইচেদি চৎলগেকো লৈহৌরোকো। হা তামো নুংশিবা,

লাইবক থিবী নচললনা পূন্সিগী অরোইবা বীদায়গী মতম অসিদা লমদম তাম্না লৈরিবা তামোগী মফমদা পুন্সিগী বিদায় নিজ'রি ।

বাদলঃ — ইচে .. নহাক নৌপ'রাবু থাদোক্কনা চৎখিনুনে ইচে (কপ্লা) (অ'ঙ্গা কপ্পা কপনা বিদায় পিনরি । মতম অসিদা ভিক্ষ'রি অমা ইশৈ শরুদুনা কোন্থোংদগী চংলকই)

ভিক্ষারিঃ –(ইশৈ)

হে' সতি সিতা
মরাল লৈজদবী সিতা,
ত'ইবং ম'নোক কিবনা
প্রভূ শ্রীরাম চন্দ্রনা
থা'দোকখি বালমীকি আশ্রমদা
হো সতি সিতা
মরাল লৈজদ্রবী সিতা
অচুম্বনা তাইদা চেন,
অরানবনা য়াইদা চেন,
অচুম অরান খিদরে
তাইবং রাখল থেলমল্লি
হো সতি সিতা
মরাল লৈজদ্রবী সিতা
ত'ইবং পূন্সি লোইরমদাই
অমম্বা সংসারদা তিল্লমদাই
লৈচিললনা কুপ্লম্বা থাজবু
তরং তরং ঙানথোরকপগুম
থংলকনি মরাল লৈতে
হো সতি সিতা
মরাল লৈজদ্রবী সিতা

(ইশৈ অসি নলিনি কপনা কপনা তারল্লগা কোন্থোংলোমদা চেন্থোকখি । বাদল "ইচে ইচে" কপ্লদুনা মপাদগী নান্থোক্কনা মচেবু তাল্লখি (ইঙোচা মুংমুক্লনা ভিক্ষারিদা লুপা অমা পি । ভিক্ষারিসু ইশৈ শরুদুনা থংনবা মুমাংদা চৎখি)

ইঙোঃ - পোকপদগী অচুম্বতা চৎলক্লবী ইচা নলিনিনা অরানবা শাজৎ চৎপা ওইথোক্কবনি। ইচাগী অসেংবা থম্মোইবু ফত্রবী চাওবীগী খুৎশিন্দগী লান্না উবনি। ইচাগী মরাল করিস্ন লৈরোই। ইপাগী ইবেম্মা নলিনি ইপা লাম্লে ইপাবু ঙাইরমখো (মকোক ঙাওনা ঙাওনা চেম্মোকখি)

Light

---

# তরেৎশুবা উংপা

মতম - মুংখিল। মফম—তুরেল খোংবানগী শড়ক।

(মফম অসিদা নলিনি মশম মনা ইফা ফানা চেল্লকই। মীত্তগী শিন্থরকপা পিনা মালেম থক্তা তারি)

নলিঃ - (চেল্লমবদগী চপ লেপ্তুনা) ঙসি কৌবা নুমিত্তা, লাইবক থিবী নলিনিগী পুন্সি লোইয়্রূ তমগ্রবোই (স্থরি পুথোরক্তূনা) হে থাং নংনা ইপুরোইবনা কাওথোক্রবা ইপামদস্থু চংহনদ্রবী পাপ চেল্লবী নলিনিগী থম্মোইদগী ঈ পেন্না থকউকো। অদুগা ঈশ্বর নংনা ইপুরোইবা অমদি পুন্নমকপু থোজালবীয়ুকো। ইচেগী ইবুংঙো মুংশিবা লৈহোরোকো ইচেদি তাইবংগী রাংমদা চৎলগেকো (মীৎ

উইশিন্দুনা থক থকনিক্লা থম্মোই মপাদা থাংডু ৱাংনা থাংগৎলকই। তাঞ্জা অসিমক্কদা নকলপ্পা বাদলগী তনিক তনিকপা খোঞ্জেল "ও...ইচে নহাকপু মফম কৈদা লৈবগে নোপৱানা কৌরিবসিবু তাদ্রবৱনে ইচে" মীৎ পাংদুনা নলিনিনা মাইকৈ অদোমদা য়েংলুৱগা) ইচেগী ইবুংঙো মুংশিবা নংবু থাদোক্কনা ইচেনা কৱন্না চৎলসি-গেনে।

বাদলঃ—(চেনশিল্লকই) ইচে·· ইচে (মচেবু কোন্দুনা কপ্পী) ইচে নং ঐবু থাদোক্কনা চৎখিন্নুকো ইচে।

নলিঃ—ইচেগী ইবুংঙো মুংশিবা হন্দকমুক্কী মপোক্কদি ইচিল ইপা কাইনৌ শেৎনৌ হায়দুনা নোংদম্বা বিধিনা তমগ্রমালেনে ইবুংঙো (মৌপৱাবু চেজেৎ কোন্দুনা কপ্পী)

বাদলঃ—ইচে নংগা ঐগা কায়নবা ঙমলোইনে। ইচে নং শিখিনুকো

নলি —ইচেগী বাদল মুংশিবা, নং ইচেবু ৱাৱোগনুকো। মপোক লাংওল অমদা ইচিল ইপৱা অমুক উন্নশিকো পোক্লবস্থ উচেক্কী জাত্তা তোংমিন্নসিকো উশা অমতদা চাক্তামিন্ন-সিকো পাৎ অমত্তদা। শাৎলবস্থ লৈগী জাত্তা শাৎমিন্নশি-কো লৈখোক অমত্তদা (অসুম্না মচিন মৌপৱা কোন্নদুনা কপনৱিঙৈদা লম্বীৱোমদা মী অমগী খোঞ্জেল "ও...ঐজ্ঞা ইঙোচা গাৱিনা তক্লে, গাৱিনা তক্লে" লাওৱকই)

বাদল—ইচে ঐখোয় পাবুং গাড়িনা তক্লে (কপনা চেনখি)

নলিঃ— পাবুং···· পাবুং········ (কপনা কপনা চেনশিল্লকই। ইহং

নাইহং শারবা লম্বী ময়াইদা তৃদুনা লৈরিবা মপাগী নাক য়োরবদা মচিন মোপন্না মপাবু কোন্দুনা ওন-থোইনা তেংথারি )

নলি — পাবুং তৌরিবা মতৌ অসিবু করি মতৌ কৌবগেনে পাবুং। হে তাইবং মীওইবা অসি ওইরেকো।

ইঙো— ( মতৎ মতৎ ওইবা রাহৈনা ) ইপাগী ইবেম্মা, নলিনি ইপাগী ইবুংঙো বাদল। ইপাগী পুন্সি লিলা লোইরে। ইপাদি অমং য়াইথোং কুমলগে। নলিনি ইপা নহাক্কী মফমদা লানথ্রে। ইপাবু ঙাকপিয়ুকো।

নলি— পাবুং.... পাবুং নচা করি ওইরসিগে ( কপ্পা )

ইঙো – নলিনি, নংগী তামো শ্যাম B E. পাসতদি তৌহল্লুকো। নংগী তামোনা লাক্লিফাওবা চহি কুমজা থরদি নচিল নৌপন্না পুন্সিগী অন্নাবা ইপাক থরদু খুৎশন্ননা চৎমীন্নো-কো। নলিনি নুপী অমগী অশেংবা সতি মক্তববু ওইরবদি নংনা লান্দবমক্তবু ওইরবদি নংগী নপুরোইবদা লৌশিনবা ওইয়ুকো। ন....লি... নি বা....দ....ল.... ( শিবা নলিনি বাদল মপাবু কোনদুনা তেংথাজরি )

নলিঃ— পাবুং নপারী নমোম ঐখোয়দি লমজা শারা ওইরেদো পাবুং ঐখোয়বু নীনোক চাওরবা তাইবং অসিদা মীনোক মৈশা লাংদুনা করম্না লেনশিগে হে ঈশ্বর নহাক পেন্নো, য়েংলো নমিৎ থিৎনা। ( থম্মোয় কায়না তেংথাজরি )

বাদল— প্াবুং নং ঐখোয়বু থাদোক্তুনা মফম কদাইদা চৎলবগেনে

পাবুং। ইচে পাবুংস্থ শিত্রে ইচে নং ঐবু থাদোক-
তুনা শিখিনুকো ইচে।

নলি —ইচেগী ইবুংঙো নুংশিবা। ইচেনা ইপরাবু থাদোক্লোইনে
(অস্থন্না লম্বী থক্কী উফুল্লগী নলিনি বাদল থবাই য়াওদ্রবা
মপাবু কোর কোরহুনা তেংথারি)

Light
DROP

---

# অনিশুবা অঙ্ক

## অহানবা উৎপা

মতম নুংদাংবাই। মফম—লম্বী লমহাং।
(লম্বী অসিদা কালি লম্বোইবগী লৈঙাং শংবা ফি শেংলগা
থুত্ত মালা য়ুবীখুজাই পায়রদুনা ইশৈ অমা শক্লগা চোং
চোংদনা লাকই! লাপ্লপনা কুঞ্জো লম্বী অমদগী লাকই
কালিগী মতোবু য়েংলি)

কালি —(ইশৈ লোইরবদা) ঐ হৌজিক্কীদুবু মী উরমদনা (কোয়েং
য়েংই কুঞ্জো উবদা) এ উথ্রেনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ (মালা চৎলি)

কুঞ্জো —হায় কালি নংত্রবো ঙাওরবা হায়ত্রুরা ?

কালি —হে নাম্মা হাংবা, পাখং হন্নবা। লম্বোইবদা মচোং মপাক নাইদবগী যূবী খুজাইনা থাদুনা হাৎপা তারেদো। (থাগদবগী মুক্ত্না লৈ)

কুঞ্জো – (মখুৎ খল্লগা) এ....এ...তৌরক্কনুদা ভাই।

কালি —করি লম্বোইবদা অমুকন্থ ভাই হায়রি। নং শিনবগীদমক্তা শেম শারো (যূবী খুজাইনা থাগে তৌই)

কুঞ্জো —(পিস্টোল পুথোরকই) য়ুবী খুজাই থাদৌ নত্রবদি ...।

কালি —এ ফাগি তৌববু তপথখোনে ভাই। ঐ জাতিকুপ্পীনা লুহোংখিবা অদুদা নিংবা কায়রত্রুনা লম্বোইবা শারগা ছাত্রি অমতং চিংগে থোরাংলিবনি। পিস্টোলদো ওনশিল্লক্কনুনে।

কুঞ্জোঃ—হেরা ভাই, লরাই লেম্ফদা যূবী খুজাইনা নপকে তৌর-ফাওবদা ফাগী মানগদরনে (ইংথবা)

কালিঃ—ইবানিসিদি মমিদা খোশাবা ফূদিত্তা মাংজোং চোংবা মগুদা মংগ্রা তানবা তাদুনা তোব্রেদো। য়েংউ মী মচাদি গুন লৈবা ডাক্তর ওইরবনিনা নলিনি খাইনখিবদা ঙাইরি স্থনিত্তাগমুক লূহোংগ্রে, লাইরিক লাইশু হৈবা মীগীদি মুপীসে অকুৎপদা ঈশিং চেন্থবগা মান্নরে। ঐখোইগুম্বা ইহৈ হৈতবা গুন লৈতবা ঐখোয়গীদি পাৎকী ঈশিংনা চীংদোন্দা চেনখৎলূ য়াদবগুম....।

কুঞ্জোঃ—Thank you. (মখুৎ শোরৈ) অচুম্বমক্রী। অদুগা নলিনি লম্ফেলদা থবক য়াওগ্রেদো।

কালিঃ—য়াওগ্রে, অরাবনি নলিনিগী পুন্সি, মাগী সর্গ থুগাইবীরে
ঐখোয়না, মপা শিগ্রে ইংখোল বনধান চৎগ্রে।

কুঞ্জো – তোক্লসিদা মাগী রাশি। নত্তে নংনা তৌরিবসিবু ঙাওরবে। ?

কালিঃ—ভাই, মৈতৈ মচাগী রাশক ঙাকলিবনি। নোংমা ঐনা
জাতিকুপ্পীগী মফমদা রাশকখি, করি হায়না জাতিকুপ্পী নংনা
কালিবু থাদোক্তুনা নযুম পানগ্রবদি নংনা হেক নপুরোইবগী
নযুমদা লৈবগী নোংঙাল্লগা ঐনা লম্বোইবা শারগা ভিক্ষা
লাক্কনি হায়দনা।

কুঞ্জো —নত্তে ভাইবু জাতিকুপ্পীখোইদা ভিক্ষা চংলুবরনে ঃ

কালি —চংলুরে চেং উতোং মারুক অমা হাপ্লকই।

কুঞ্জো —লম্বোইবা চেংজংবা নংগী ঝৃলিদগীশি করিনো ?
(হুমলগা লিক্লি অমা পুথোরকই)

কালি —ভাই মী উখিনি হৈনগ্রবনিনা....

কুঞ্জো —ভাই য়োৎলসিনে (মখোয় অনি য়ূবী খুজাইদা হৈদুনা
থকমিন্নে ঙাওনা চৎখি)

*Light*

---

# অনিশুবা উৎপা

মতম —সুংথিল মুংশা শাবা। মফম – লম্ফেল হোসপিতাল ময়া

(সুপী খর শরক্তুগী থবক সুফম য়ুম তোম্না সুং কাংক্রিক পোলাংদা হে'ল্লি। মখোয়গী মরক্তা নলিনিস্থ ফি অমোৎপা শেত্তুনা কোকশেৎ অমা শেৎলগা য়াওরি)

নলি —(সুং পোলাং অমা হো'ল্লি। মশা পুম্বা হুমাংনা চো'লি য়ান্নস্থ চোকথরে) কোক অসে ঙাওখ্রেদা। হে ঈশ্বর ঙসিগী থবক লোইদ্রিফাওবা তোল্লবীগী পাগল মন্থেং তাহনবীগনুকো (তপ্না তুরোই ঙাম্রোই চৎলি) মতম অসিদা ডাক্তর নবকুমার অমসুং লুহোংবা কুইদ্রিবী সুনিতাগা লোইননা ভেসপা অমদা তোংমীন্নরতুনা লাকই খামলগা তুংথা মাংথা ওফিসকী শঙ অমা তন্না নলিনিনা লাক্কদবা লম্বী অদুদা লাকই। লৈমাইদা য়েংতুনা চৎপনা নলিনিনা মখোয়বু উদে। য়েোনগদবা গজ অনিরোম ব্রাৎলিদৈঙদা নলিনি খুদি থিডুনা তুশিল্লি। য়েংকী খোংবী অডু থিনগাইদুনা ঈ য়াম্না পোক্লে। উকুল য়াওবা কাংক্রিকশিং অদুনা ডাক্তর নবকুমার অমসুং সুনিতাদা চোংলে। য়াম্না শাওনা নলি'নিদা য়েংলি)

নলিনি —ও…ঐ শোইদ্রে ঐবু ঙাকপীয়ু (য়েংলুরগা লুকথডুনা অশোকপা খোংবীদু খুৎনা পায়রি। মীভগী পিনা লৈমাইদা তারি)

নবঃ— ( উকুল কনথোক্লগা ) হায় ওক্কবী, মোৎতাই স্নদাইনবী নমীত্তো তাংবরা, ফিরোলশিংশি তিরিউল ঙাক্কনি খংলবরা ?

স্থনিতাঃ—(শাওনা) হাই মীনাইন্দুবী নমীত্তুবু লৈতেংগী পাল্লি- বরনে। তুক্কচৈদা ও মঙ্গে ল অসিদি। নবকুমার অমসুং স্থনিতা ফি কনশিল্লগা ওফিস তল্লা চংখি)

নলিঃ—(কপ্পা কপ্পা) হে ঈশ্বর, তোল্লবী ননাইগী ইরাল করি লৈদুনা ঐবু খোংগা ওনরিবনো। ইতা স্থনিতা, নং ঐ ফান অমতদা ফমদুনা ল'ইরিক তম্মীন্নরকপনিকো অত্তবু হে নলিনিগী লাইবক মপোক থিনা তমলকপোইদকো। ইপাল ফরিঙৈ মকপ্পা পুমকোই কোইবম্মী। ইপাল ফত্রবা কান্দদি কোরৌ মঙাল ফংবদা অহিংগী থরানমিচাক মাংখিবগুম মকপ মাংগ্রে (অনাবদু ফি মচেৎ অমা শেগাইরগা কিশিল্লি মতম অসিদা বাদল লম্বী অদুদা চেল্লকই)

বাদল —ঐখে'ই ইচেনা থবক স্নবা মফম অদু নত্রনে মসিবো (কোয়েং য়েংই) ও ··· সিদা লৈরে। ইচে ইচে (চেনশিল্লকই)

নলিঃ—( পি তৈথোক্লগা ) বদল করিগীনো নংনা লাক্লিবদি ?

বাদলঃ (হরাওনা) ইচে, তাজো B. E পাস তৌরে। ভারা ওইনবা লুপা ৫০ পিরকউ হায়রে চিঠীসিদা (পিবা)

নলিঃ—করি, তামো B E পাস তৌরবা। ইবুংঙো ইচিন ইপ্নাগী অৱাবা অহিং লোইরে। কদাই চিঠিদু (লৌরগা তুমীন্না পান্ন চিঠী পানা পানা চীনবালদা মোমোন তৌরি মীত্তনা পীগী ইরা চেল্লি)

বাদল:—ইচে নংগী খুৎ অদুগা খোঙ ঈ তৈরে করি তৌরে ইচে?

নলি:—ইবুংঙো নুংদা খুদি থিরিবনিনে।

বাদল:—(মচেবু নুংশিনা য়েংলগ) ইচে. ঐনা হয়েং চাওরগা তলব চারগা ইচে নং থবক সুহল্লে'ই নুংঙাইনা লৈহনগনি।

নলি:—(মোপরাবু চেজেং কোনবারগা) ইচেগী ইবুংঙো নুংশিবা, তামো লাব্রবদি ইচিল ইপরা রাররোইনে।

বাদল:—ইচে নং নয়াং কংলে, থবক সুকরনু। ইচেগী মহুৎ ঐনা থবক অসে সুরগনি। অদুগা ইচে তামোগী লুপা ৫০ কদাইদগী থাথিনি?

নলি:—(শকফম হঙ্গিলনা) লুপা... — কনাদগী হে পৈশা নংনা মীবু নুংঙাইহল্লি, রাহল্লি, কপহল্লি, নোকহল্লি, পৈশা নংনা ঙম্বসে ঙম্মীদা নংবু করম্বা মীত্রংনে। অদুবু পৈশা নংনা য়ান্ন' লৈরবস্ত নলিনিগী চাক্লবা থম্মোই অসিবুদি জয় তৌবা ঙমলোইদো। ইবুংঙো লুপ ৫০... ঠিকাদারনা হংলুগদরা (ঙাইহাক্কী মনুংদা মে'মোন নোক্লম্বা মচিন মোপরা নুংসুক্লনা লেপ্পী)

*Light*

---

# অহুমশুবা উৎপা

মতম— মুংথিল। মফম—লম্ফেল ডাক্তরগী গেৎ ময়া (নলিনি নর্স ইন্দিরানা শম্বাংদুনা গেৎ ময়াদা তুরোই ভাল্লোই ব্রানা চৎলি খুদি থিদুনা তুশিল্লি ইন্দিরানা হৌগৎপী)

ইন্দিরাঃ—ইচে নং য়াম্না রারবরা ?

নলিনিঃ—ইনাও ইচে খর চোকথরে। অশ্বাইফাওবদং শম্বি য়ুকো।

ইন্দিঃ- ফনি, ইচে ননাও করিকুম্বা রা অমতা হংজগে।

নলিঃ- হংঙু, কৈদোগে ইনাও।

ইন্দিঃ—ইচেবু করি লমদগীনো অদুগা হাপ্তা খুদিংগী হোসপিতাল অসিদা ঈ য়োনবা লাকই। মসি করিগীদমক্তনো ? অদুগা ঈ য়োনবা হাযবনিদি পুন্সি কক্লিবনি।

নলিঃ— ইনাও, ইচে হৈঙাংদগীনি। ঈচেগী ইবুং অমা B E তম্বা চৎখি। অদুনা থা খুদিংগী থাজিন্নবা সেন অদো খর রাৎপা মরম্না, অদুগী মতেং ওইনবগীদমক্তা ইচেনা ঈ....। (রা মথা তাবা ঙমদরে হিক্রা হিক্রা কপখরে)

ইন্দি—ইচেবু পোকপা অহল লম্মন লৈত্রবরা ?

নলিঃ—লৈখিদরে ইনাও। ইচেগী ইপরা অমদি লৈ।

ইন্দিঃ—অরাবনি, ইচে মতুংদদি ঈ য়েবীক্করনু। মতুংদদি অরাৎপদু ননাওনা ইবুং অদুগীদমক্তা তেংবাংজগে। অদুগা চহি কয়া সুবীরবগে ইবুং অদুনা B. E. তমখিববু ?

নলিঃ—হৌজিক B. E পাস তৌরে হায়বা চিঠি ফংলবনি অদুবু.... ...।

ইন্দি:—(হরাওনা) অডুবু কৈদৌরবা ইচে?

নলি:—লুপা ৫০ দং রাংপা মরম্না খোরকপা য়াদডুনা লৈরে হায়, ঐগী তামো অদো।

ইন্দি:—ইচে ননাগুনা ইবুং অডুগী মতেং পাংজরগনি ইচে ননাওগী য়ুমদা অমুক্তা চংলুসি।

নলি:—ইবেম্মা সেনফম অদো ইচেনা থবক সুবগীনে ঈ য়োনবগীনে লুপা কুন্থ্রাদি লৈরে অরাৎপডুনা ঐখোইনা থবক সুরিবডুগী ঠীকাদারদগী পুগে খল্লিবনি ··· ···।

ইন্দি:—ইচে, ননাওনা লুপা ৫০ দি পাংজগনি ইচেনা হায়রিবা ঠীকাদার অডুবো কনানো ক'র লমদগীনো?

নলি:—উধোপ কৌবনি নাগা মপান্দগীনি।

ইন্দি:—ইচে অডুদি ঐখোইগী বাবানে।

নলি:—ইনাও নং খুরা ইবুংঙো উধোপকী মচা ওইরে।

ইন্দি:—ইচে হৌজিক্তি করি অমতা রাবীরুরগনু অা···· ····ইবুং অডুগী মীং অডুগা ইচেগী মীং·· ····।

নলি:—শ্যাম শর্ম্মা কৌই, ইচেগীনা নলিনি। ইনাওগী মীংদি?

ইন্দি:—ননাওগী মিংনা ইন্দিরা। ইচে ব্রাহ্মোন ওইরে। ইচে ননাওখোইগী থোগান্দ য়েরে চংলসি (মখোই অনি তপ্না তপ্না চংখি)

**Light**

# মরিশুবা উংপা

মতম—সুংথিল—মফম— উধোপ ঠাকাদারগী য়ুম।

(উধোপ ঠাকাদার chair অমদা ফমলগা রাখল থল্লি।

মতমসিদা চাওবী লাক্কুনা কৌরকই )

চাওবীঃ—তাইগো,, করিনো য়ান্না লুবা রাখল অমা.... ?

উধোপঃ—ও — ইবেম্মা চাওবী মুরা অসিদা লেংশিনবীরকউ।

চাওবীঃ—(চংশিল্লুনা মুরাদা ফমই) তাইগো নহানগীদুবু কমদৌ-বীরবগে ঃ

উধোপঃ—মদুগীনি ঐনা খল্লমলিবদু। মদু থাদোকপা তারে।

চাওবীঃ—অদুবু তাইগো খর য়েংবীরোনে ঐখোই লৌজরগে।

উধোপ—ইবেম্মা তাবদি খর রাগদৌরেনে। (মতম অসিদা কোম্বোংলোমদগী নলিনি, নর্স ইন্দিরা চংলকই নলিনি চাওবীবু উবদা মকোক খুমই। চাওবী নলিনিদা সুকতো-ক্কূনা য়েংই)

ইন্দিঃ—ইন্দোল ইবেম্মা করি থবক্কী ?

চাওবীঃ—ইবেম্মা, নখোইগী থাঙ্গোল বক্সাড়দা লৈবা তুকান্দো ইন্দোলখোইনা লৌবা তারে মদুগী মমল ভাংনরম্লিবা।

ইন্দিরাঃ—হৈমা ......, । কয়াদা লৌবা তারবা ?

চাওবীঃ—লুপা লিশিং য়াংথৈ হায়রিবা, নখোই বাবানা, অদুদা ইন্দোলনা খর য়েংঙু হায়রিবা।

ইন্দিরাঃ—ঙাংনৌ, ঙাংনৌ, ইন্দোলদা, ঐখোই বাবাদো ঙাংনবা
ৱাবনি। ইচে ইমুং চংলসি।
(মাঙ্গোলগা থ নবা কা অমদা চঙলকই) ইচে সিদা ফমলম্মু,
ননাও ফি অমতা হোংলুখিগে (থংনবা কা অমদা চংখি)

নলিঃ—ফনি ইনাও (chair অদুদা ফম্মী অদুগা চেং য়াওবা থাও
মচাদু তেবল মথক্তা থম্মী)

(মাঙ্গোলদা)

উধোপঃ—ইবেম্মা চাওবী ঐ পুক অসে থিনকক থিনকক য়াম্না
নুংঙাইত্রে, খোঙ অমুক্তা হামলুখিগে, ঙাইহাক্তা ফমলমখো।

চাওবীঃ—ফনি তাইঙো (উধোপ মনিংলোমদা চেনখি)

(কা মনুংদা)

(ইন্দিরা ফি হোংবা লোইরদুনা নলিনিনা ফমলিবা কাদুদা
চঙলকই )

ইন্দিরাঃ—ইচে, শঙ্গোম শাহৌরি (পৈশা পুথোরক্তূনা) ইচে সেন
অসে ননাওনা তামো অদুগীদমক্তা তেংবাংজবনিকো লুপা
১০০ নি লৌশিল্লো ইচে (পিবা)

নলিঃ—ইনাও, ইচেনা দরকার ওইবা অদুদমক লৌজগে।

ইন্দি—ইচে, ননাওনা তেংবাংজরিবা অসে লৎনবীরমু, দান্দা
লৎনরবদি, তামো অদুগী মঙ্গোল ওইরোই, সে ইচে, তামো
অদুগী মঙ্গোল ওইনবা লৎনরনো।

নলি—পুকচেল চাওরবী ইনাওগী তৌবীমল মপোকসিমগী কাও-
ৱরোই। ইনাওনা তেংবাংবীকরই হায়দুনা তামোদা তমগনি।

অদুগা ইনাওগী লমনস্থ শিংলক্কনি। (লৌই) (মতমসিদা থংনবা য়ুম অমদগী নুপীগী খোঞ্জেল "ও....ইবেম্মা ইন্দিরা"

ইন্দি —ও....লাক্লগে লাক্লগে। ইচে মীনৎ ১০ মুক্তং ফমলমখো, ননাও অনাবা অমা হিদাক কাপ্ল খিগে।

নলি — ফনি ইনাও (ইন্দিরা খাও অমগা মপান থোকখি) ঈশিং খৌরাংগ্রেদা, (থোংনাওদা, পূখ্রি মপান্দা তোতি ঈশিং তাবদু উই) তোতিগী ঈশিংশি থকলুখিগে (কাদুগী নাকন্দা লৈরিবা থোঙ অদুদা থোকখি)

চাওবী —(নলিনিনা থোকখিবা উবদা কাংদা তুমিন্না চংলকই তেবল মথক্তা ঘরি অমা লৈবদু উই) উম, তেবলদগী ঘরিসি, নলিনিগী খাওশিদা হাপচিনগে, অদুগা চন্দাম্নবীসি লাক্লগে (তেবলদগী ঘরিদু খাওদুদা হাপচিল্লি অদুগা খুৎলৈ থুনা থোরক্কনা হান্নগী ফমফমদা ফম্মী) (ঙাইহাক লৈরগা নলিনি চংলক্কনা হান্নগী ফমফম অদুদা ফম্মী)

ইন্দিরা—(থংনবা য়ুমদুদগী লাকই ইন্দোল, বাবা লাক্লিবরা ? য়াম কুইবনি। (ঙাংনা ঙাংনা কা অদুদা চংলকই)

চাওবী —লাক্লিনে, ওন্থোক্লা রারে ঙাইবসি।

ইন্দি —ইচে, শঙ্গোম লৌথোকপ্রখিগে! অদুগা লেংনবা তৌসি। (চংখি)

নলিঃ—ইনাও, ইচে শঙ্গোম থক্লোই লৌথোক্লমু (নলিনি নুংশুক্লনা লৈহৌই। ঙাইহাক লৈরগা শঙ্গোম গলাস অহুম পুথোরকই চাওবীদা অমা পিরম্নগা, চংলক্কনা নলিনিদা অমা পীরি)

ইন্দিঃ– ইচে, থকও শে।

নলি —ইনাও, ইচে শঙ্গোম থক্লোইনে (অসি হায়রগা নলিনি পি চদুম চদুম শিন্থরক্লে)

ইন্দি —(ঙক্লা) ইচে, করিগী পি শিন্থরিবনো ? অদুগা মরম করিদগী শঙ্গোম অসিবু…।

নলি —ইনাও, নং শাওরম্মু। ইচেনা শঙ্গোম অসে থক্লবদি অরাম্বা অসে, খরদি কোক্কনি হায়ববু, এগী ইপরা অদুদি অরাম্বা কোক্লোইনে। ইনাও, ইচেদি ইপরা য়াওদনা করি-গুম্বা অমত্তা চাবা থকপা তৌদেনে, অদুননি, নং ইচেবু রাগৌম্মু। তামো লাক্লগা নোংমা এখোয়দস্থ অশংবা মতম অমদা চৎথোকপীরকউ। ইপরানা এবু ঙাইরমলগনি। ইচে চৎলগেকো লৈহৌরোকো ইনাও। ইনাওগী লমন, নোংমা নত্রগা নোংমদি শিংলক্কেকো (অসি হায়রগা শিন্থরক-পা পীবু তৈথোক্লগা, চেং খাও মচাহ্ন পুরদুনা তপ্পা তপ্পা কা অদুদগী খোঙ থাংদোকখি। ইন্দিরা পুংশুক্লনা লেপ্লুনা নলিনা চৎখিবা মাইকৈদা য়েংহৌই)

চাওবীঃ– ইবেম্মা ইন্দিরা, পুং কয়া তাগ্রবগে ?

ইন্দিঃ—ইন্দোল পুং (তেবলদা ঘড়ি থিরি) ঘড়ি লৈরমদ্রেনেহে।

চাওবীঃ—(মঙক নোম্মী কাদুদা চংলকই, লৈরমলরোইনে, লাংজা হন্নুবনা, শকথং মাইখংনদ্রিবা হৌদোং লম্বোইববু থাজারু-বদগী শিখিবগী রাবি লৈবনি। হৌদোং তুমিল লৈবনা চফু ঙম্বনি খোল মেংলবদি লায়রুম্মু। হৌজিক্কীদু, এগী অহানবা

ইমৌ ওইরম্বনি, মখুৎ শাংমন্দনা, মরমচৎ চুমদদনা নুমীৎ ১0 নি ফাশবা লৈরমদে। মানবো পুরমদুবদি ইন্দোল লৈখ্রুরোই।

ইন্দি – অদুদি.ইন্দোল, অস্নারাইদা চৎলমগনি। অমুক্তা তান্নমী-রকসি (চাওবী অমসুং ইন্দিরা কোন্নোংলোমদা চেন্থোকখি। মতম অসিদা উধোপসু মনিংকোমদগী লাকই। মখোইগী মতৌ উবদা মাসু ফিংনা চেন্থোকখি)

(থোংগান রাংমগী শারক্তনি নলিনি তুরোই ঙাম্লোই য়াম্না রানা চৎলি)

নলি· (চৎনা চৎনা) নুমীৎ অসে তাশিল্লক্নদবরে। ইপরানা ঐবু ঙাইরম্লগনি। হে ঈশ্বর, খৌজাল হৈবী ইন্দিরাখোইগী ইমুংবু চানবীয়ুকো। (অসি হায়করগা নলিনি ইখং খংহৌদনা খুদি থিদুনা শরক অনৌবা শেম্বগী মুং কাংক্রিক মথক্তা উপনা তুশিল্লি মমাই মমীৎ মখোং, মখুৎ ঈ থোক্লে। অদুগা চেং খাও অদুসু হৈদোক্লে। "অয়ো ইমা" (তপ্না তপ্না হৌগৎলকই। ও ··· ···· করম তৌনি, চেং হৈদোক্লে। নত্তে, চেং মরক্তগী, ধডিসি কদাইদগীনো? (হন্না য়েংখৎলকপদা চাওবী, ইন্দিরা, উধোপ, অমসুং মী খর কোইশিন্দুনা লৈরমলে। নলিনি ময়াম্বু উবদা ইঙক ঙক্না তনিক তনিকপা খোঙ্গেননা) ইন্দিরা··· ····ঘড়ি অসি নহাক্কীরা মসি মতৌ করম্না ···· ····। (ইন্দিরা পাউথুম পিদদা ঘরিদু লৌরগা তুমিন্না লেম্মী)

উধোপ: – চমোৎনবী, করিগীনো নংনা ঘড়ি হুরিবদি?

নলিঃ—(কপ্পা কপ্পা) ঠীকাদার বাবু তোল্লবী নলিনিগী খাও অসিদা মতৌ করন্না ঘড়িসি য়াওরম্লিবা, খনবদা মমলে।

উধোপঃ—খনবদা মম্লে (নলিনিগী ফিগা কোম্নবা গলা পায়দুনা চিংখৎলি। অদুগা নৌরবা ঈনা পুমঙাং ঙাংলবা খজাই নাকল অনিদু খুপাক্তা হন্ন হন্ন থাক্তিল্লি। নলিনি কপ্পা কপ্পা তনিক তনিক্না খাংজরি। মমৈদা নলিনি খাংবা ঙমশিল্লক্করে ইলেক লেকপরে। তাক্লাসিদা উধোপন কন্ন খংচিং চিংই। নলিনি কংক্রিক মথক্তা শিল্লুনা তুশিল্লি। নলিনিগী মোংলবা ফিরেপশিংদু ঙাংলবা ঈনা মচু শঙলে। খঙব্রা কমদোই, মসিমসু, নংগী মন্দি লোইদ্রিবনি। নপুন্সি চুপ্পা জেলদা খংলবরা ?

নলিঃ—(ঙাইহাক রান্নকরগা) হে ভগবান, হে ঈশ্বর, ননাই তোল্লবী নলিনিবু লৌশিনবীরোনে ঈশ্বর। ননাইবু অসিগুম্বা, তাইবং মালং পান্সিদা, কয়া কুইনা হিংচ্চনা লৈখেগে। নোংদম খিনা তমলকপোইদকো লাইবক থিবী নলিনি এগী পুন্সসে। ঠীকাদার বাবু, লাইবক থিবী নলিনিগী থম্মোইবু উবা দ্রবোইদকো। উক্লল্কী নলিনিবু হাৎকোকপিরোনে। এ খাবা ঙমশিল্লক্করে। তোল্লবীগী থম্মোইবু উবিরিবা ঈশ্বর ননাইবু নখুয়া খাদা পুশিনবীরোনে। ইচেমগী ইবুংঙো মুংশিবা, ইচেবু সমাজগী মমাংদা খোংগাওনরিবসে খংলিরোইদে, হা ...লাই ওইগ্রবা পলেম পম্ভো, লাইবক থিবী নচাগী পুঙমদ্রবা, অব্রাবা অসিবু উদ্রবরনে পলেম, পম্ভো।

উধো : কপশিন লাওশিন্নবনা কাম্নরোই। হৌগৎলু, মীয়াম মমাংদা খোংগাপনডুনা, নঙক লাক্কুনা ইন্দুনা পুগদবনি। (মশম পায়ডুনা চিংখৎলি)

নলি : -(থক থক নিক্না তপনা হৌগৎলকই) ঠীকাদার বাবু তো-ল্লবঁবু মফম কদাইব্রাইদা পৃগদৌরিবনো ?

উধো:—বজারদা, মীয়াম মমাংদা, অদুগা লোকপ্তা, মথংদা নপুন্সি চৃপ্পা জেন চৎলু। (শোল্লবী নলিনিগী ওক লাক্কুনা ইল্লি। নলিনি মশানা মশাবু ওাকপা ওমদরে খোংফম অমা অনি থাংলমলগা, লৈমাইদা মমাইনা য়েশিন্দুনা তুখি। হন্দক্তি জ্ঞান পুমমাং মাংলে নিংওাইদনা অতুম্মক তুম্বগুম লৈরি। অতুবু মাইথোং অতুদি ঈতনা পুমলুপ লুপ্লে। মতম অসিদা লাপ্পপা বাদলগী খোঞ্জেল "ইচে... ইচে" হায়বা তারি। খোঞ্জেল অতু অস্তম নকশিল্লকই। ওাইহাক লৈরবা মতুংদা বাদল ময়াপ্না ইকোই কোইশিল্লগা ময়াইদা ইহং নাইহং শানা তুরিবা মচেগী নাক্তা কপ্পা কপনা চেনশিল্লকতুনা জ্ঞান য়াও-দ্রবা মচেবু কোন্দুনা তেংথজরি)

বাদল: ইচে,... ইচে,.... ওসি, নহাক্না তৌরমলিবা অসিবু করি মন্তৌনোনে ইচে। থবক শুবনি হায়ডুনা চৎখ্রগা, শরক মথক্তা ঈহং নাইহং শানা লৈরল্লিবা অসিবু, নৌপা করি ওইরসিগেনে ইচে। ইচে নংবু নহাক্কী শুংশিরবা নৌপরা বাদল লাক্রে হৌগৎলোনে নৌপরানা কৌরিবা অসিবু তাক্ক-বরনে ইচে : ইচে নংবু, পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তাল্লবরনে

ইচে। ইচেগী মুংশিরবা খোঞ্জেলনা "ইচেগী ইবুংঙো বাদল" হায়বা খোঞ্জেলদো অমুকতা কৌরকউগবা ইচে। (হৌগৎ-লকতুনা) কনানো, ঐগী মুংশিরবী ইচেবু অসিগুম্বা য়েংহৈদ্রবা ফিবম অসিদা ওইহল্লিবা. কনানো, চোংথোরকউ, ইচেগী-দমক্তা থরাই অশে পাম্মুদনা মায়োক্লগে কনানো চোংথো-রকউ।

উধো:—হায় নিপামচা. নচে হুরানবী অসিনা ঘড়ি হুরানলম্মী-বনিনে। মতুগী ঐনা হাৎকে তৌরম্লিবনিনে, ঐবু ময়োক্ল-গেগা হায়দনা. (মঙক লাক্তুনা ইল্লি বাদল মচেগী মনাক্তা উপথুননা তুশিল্লি। মচিনবান্দু ঈনা পুমঙাং ঙাংলে)

বাদলঃ—অয়ো ইমা! (ঈ থোকপা চিনবাল্দু পায়শিল্লগা কপনা কপনা হৌগৎলকই) ইচে হায়দ্রিবা রা অসিবু অচুম্বরনে। ওইথোক্তবনি, অচুম্বতা চৎলক্লবা, শেংলবী ঐগী ইচেনি…ইচে নংবু নোপরানা কৌরিবসিবু ত'দ্রবরনে ইচে।

নলিঃ—(জ্ঞান থর লাক্লদুনা লেংলকই) অয়ো… অয়ো ইমা, কনানো (মখুৎনা তপনা তপনা মারকই) বাদল ইচেগী ইবুংঙো মুং-শিবা, ইচে মীৎ তাংলে। ইপরাগী ফজরবা মাইথোং ইচেনা উবা ফংদরেনে ইবুংঙো। (মোপরাবু চেৎনা কোল্লদুনা কপ্লি)

বাদল-ইচে, ইচে মীৎ উদ্রবরনে। হে, তাইবং মীওইবা, ওন্থোক্লা মীমুংশি খংদেদা। ঐগী ইচে, হন্দক মপোক্কী লোইরে। ইচে মীৎ তাংলে। ইচে, অসিগুম্বা মীমুংশি

খংত্রবা কল্লক মীহৌবনা থল্লবা লাইরবগী মরুপ লৈজদ্রবা তাইবংপান অসে থাদোক্তুনা ঈশ্বরগী খুয়াখাদা ইচিন ইপরা চংজখ্রশিনে ইচে। (অসুম্না মচিন মোপরা চেজেৎ কোম্নদুনা কপমিম্নরি। অকোইবদা ময়াম তুমিন তুমিন লেপ্লী। ময়ামগী মরক্তা চাওবী অমসুং উধাপ মাইথোং মকা লাম্না উই)।

Light

---

# অঙাশুবা উংপা

মতম—নুমিৎ তারমদাই। মফম—নলিনিখোইগী হাংলবা য়ুম।

(শ্যাম ইয়ার বেগ অমা পায়রদুনা কোম্থোংলোমদগী চংলকই। য়াম্না চিংননা য়ুম অদুবু য়েংলি! চৎনা চৎনা কৌরকই)

শ্যামঃ—পাবুং,··· পাবুং, নত্তে, মী লৈতবরনে, বাদল,····বাদল, নত্তে, য়ুম অসিবু মী লৈতবগী মওংগুম তৌরিবসিবু করিনো! ফক্লা, অসিনা কিম্থরিবা। অদুগা মাঙ্গোল অসে নাপী হৌরে (চিংন চিংননা মাঙ্গোল কাথৎলকই) নত্তে, থোঙ অসিসু তেক্লে। পাবুংগা বাদলগা মফম কৈদা চংখ্রবনো। (ইমুং চংলকই কোইচৎ চত্তুনা য়েংই) ও ·· ইমুং অসিদি কুইরে মী,

লৈতবা। নত্তে ঐগী তেবল অমদি লাইব্রিক পংলে লৈশৌ চারে। তেবলদগী প্লাসতিক্লা য়োম্বা বাতোন অসি ···· (লৌখৎলগা য়েংই) ও···· । ঐগী পাবুং সংসারদগী বিদায় লৌখরে (কপ্পা পাবুং নচানা মীরৈবাক্লা B.E. তম্বা চংপদি, ইমু' মুংনবা অমদি পাবুং কাইননবা চৎপা তারবা। পাবুং, নচা করি ওইরসিগেনে পাবুং। নচানা চৎলমদাই মতমদা পাবুংনা হায়খি 'শ্যাম, নংনা B E. পাস তৌত্রনা থোরকপা মতমদা ইপানা হরাও হরাওনা ওব্রমগনি, অমদি ইপা ইচা, চক পুখম অমত্তদা, চাক চামিন্নগনি হায়খিবা। অদুগা মীমাংদা ইপাবু B E শ্যামগী মপানি হায়গনা চাও-থোকচগনি হায়খিবা। পাবুং, হৌজিক্তি নচা B E. পাস তৌরে। নচাগা চাক পুখম অমতদা চাক চামীন্নরসিনে পাবুং, পাবুংগীদমক্লা নচানা লৈরকপা ফেজোম, অরেম্বা তারবা। (ফৈজোম বেগতগী পুথোরকই) নত্তে, বাদলনা কনাগীদা ও·······! ইশেল ডাক্তর নবকুমারখোইদা লৈরম্বা তারে। নলিনি বাদল, উনরগা পাবুংগী মৈচাক অসে খর কোক্কদরা? ঐ মখোয়দা চৎলুখিবা তাই (হাংলবা য়ুমদুদগী খোংথাং তপনা তপনা থাংদোকখি)

(ডাক্তর নবকুমারখোয়দনি)

(শ্যাম কোল্তোংলোদগী চংলকই। শুমাং য়োরবদা)

শ্যাম—(কৌরকই) নবকুমার—— নবকুমার।

নবঃ—(ইমুংদগী) কনানো? (থোরকই শ্যাম উবদা, মশাদু

শ্যাই লাওই. তপ্না চংশিল্লক্ত্না ) ইবাই ( খুক্লমই শ্যামস্থ ওকই চৌক্রি অমা থাই ) শোমদা……( ফিদা থারগা নবকুমার লেপতুনা লৈ )

শ্যাম—আ……ফরে…ফরে ( খোংউপ থনম্নগা মাঙ্গোলদা কাখংতুনা ফমই ) আ……নবকুমার পাবুংবু করন্না লৈখিদবনো। অদুগা নখোয়না ঐঙোন্দা পাও অদুদং খংহলক্লবদি……। অদুবু ফরে —নব, পুন্নমক উশ্বরগী লিলানি।

নবঃ– হৰা গাড়ি অমনা থেংজিন্দুনা লৈখিদবনি।

শ্যামঃ –পাবুংবু গাড়িনা……। আ—ফরে লৈখিদবনা লৈখিদরে। আ—ইবুংঙো, বাদলস্থ, মচেগী মনাক্তা লৈরিনিনা——। আ – ইবাইনা নলিনি বাদলগীদমক্তা বোম্বেদগী ফিরোন. লিক কোল, লৈরকই। ( বেগতগী লোথোরকই ) আ শারি অশিংগা লিক পরেং অসিগনা ইচল নলিনিগীদমক্তা লৈরকপনি ( কৌই ) আ— নলিনি, ইবুং লাক্লে থোরক্লো ইবুংনা, ইচনগীদমক্তা লিক পরেং অমগা শারি অমগা লৈরকই। পাম্বরা য়েংলুরাও। আ - বাদলস্থ থোরকউ হায়যু, ইনাওগীদমক্তা খোংউপ ফিরোল লৈরকই। ( নবকুমারনা নুংশুক্লনা লেপ্লম্বদু উবদা ) নবকুমার. নহাক্লা করিগীদমক্তা মুংশুক্লনা লেপ্লো। হায়যু. নলিনি বাদলগী মরক্তা নত্রগা মখোয় অনি করি তৌরে, মফম অসিদা লৈতবরা?

নবঃ–নলিনিগা ইবাইগা উন্নরবা মতুংদা ঐগামুক উন্নসি।

( তপ্না তপ্না কোন্থোংলোমদা থোকখি )

শ্যাম:—(ইথক থক্লা) নব,........নবকুমার. .... । উম, করিগুম্বা ফত্তবা থৌদোক খরদি থোক্লে। নত্তে মানা হায়রম্ববু, নলিনিগা ঐগা উনরবা মতুংদা, মাগমুক উন্নশি হায়বা, করি অর্থনো। নলিনি ... নলিনি.... (চিংননা কৌরকই (মতমসিদা চাকশঙদগী পুককংলবী স্থনিতা "কনানো" তফিং তফিং চেম্থোরকই। মাঙ্গোল য়েৌবগা চপ লেপ্পী শ্যামগা থক্লা মীৎচান্নৈ)

স্থনিতা ও ........ নহাক ....... ।

শ্যাম—স্থনি...... স্থনিতা....... নহাক মফম অসিদা, নলিনিগী মছুৎ শিন্দূনা ... ... । অসি ওইরেকো মুপীগী পুকচেল। ফরে, পুন্নমক কাওপোক্লগে। হায়য়ু স্থনিতা ঐগী মরাইবক থিরবী, থিরবা, নলিনি বাদলবু, মফম কৈদা চৎথ্রবগে। অমুক্তা তাকপিয়ুনে স্থনিতা?

স্থনি:—তামো, পংলবী নচলনা অসিমতংদি হায়জগে। ইচেম শক্লবী নলিনিবু খায়নখিবা তদুদি লোল্লবী, পংলবী নচলনা, য়ুমশিদা লাকত্রিথৈ, থা ১গী মমাংদা খাইনরম্নবনি। অদুগা, অহল লমনগী য়াথং হায়বশিস্থ য়াম্না লুবা অমনি। অদুগীস্থ মথক্তা চাওরবা খোংনাং পান্থীস্থ ওইসমু তত্তনবো য়াল্লবদি নোংমদি শোইদনা তুরকনি। তামো, নচলগী ইরাল নত্তেকো। অদুগা ইচেম শক্লবী নলিনি, ইপরা শক্লবা বাদল, থা মথাই অমগী মমাংদগী মখোয়বু মফম কদাইদা চৎথ্রবনো কনানস্থ উথিদ্রে।

শ্যাম--করি···· ঐগী মুংশিরবা মুংশীরবী নলিনি বাদলবু, মফম খংদনা চৎপ্রবা········। ঐ ঐগী ইচল অমদি ইনাওবু থিবা ফংদ্রিবমথৈ য়ুমদা চংপ্ররোই। অদুগা স্নুনিতা, ঙসি লাইররবা ইবুংনা B E তম্বা চৎলমদাইগী মতমদা হায়নখিবগী মতুং ইন্না, করিগুম্বা খুদোল পোৎ খরা ইচল নলিনিমক্কি খন্দুনা কৎচরমগেকো, লৎনবীবা নৈতনা লৌশিনবীয়ুকো স্নুনিতা। (থুদাং ঘরী চন্নবা লিক পরেং অমগা পুথোরক্তুনা) সে···· ··· (মখুৎ নিক্লা নিক্লা পিরি স্নুনিতাস্ত মখুৎ নিক্লা নিক্লা লৌরি) স্নুনিতা, ইচল নলিনি নৈরমদ্রবনিনা ইচলগীদমক্কি খন্দুনা নৈরকপা শারী অসিগা লিক পরেং অসিগা নহাক্কী মফসদা কৎচরম্লগে, ইচল নলিনিমক্লা লৌহৌবনি খনজগেকো। (পীরম্লগা) স্নুনিতা ঈশ্বরগী কৃপাদগী মঙ্গোল ওইয়ুকো। ইবুং চৎলগে নৈহৌরোকো (শ্যাম হৌগত্তুনা খোংউপ উপশিল্লগা ইয়ার বেগতু পায়রগা খোং তপনা তপনা থাংদো-কখি। স্নুনিতা শ্যাম্না চৎখিবা মাইকৈদা উখোংতেন্দা ভারদুনা য়েংহৌই)

*Light*

---

# তকরু শুবা উংপা

মতম—সুংদাংরাই।　　　　মফম - শরক লম্বী।

(লম্বী অসিদা নলিনি বাদল ঈশৈ শরৱতুনা লাকই। নলিনি মীৎ তাংলে। শেৎলি চারিবা ফিরোনশিংদু মোৎলে অমসুং ময়াং তেলিগী ফিজোন্নী। বাদলগী খুত্তা কাপ অমসুং বুজ পায়। মখুং নাম্মনা মচেগী খুজেং পায়রি)

নলিনি বাদল - (পুন্না ঈশৈ)

তাইবং মালং ইপাক্তা,
লম্বী লম্মুরুরবা ঐখোইনি,।
মপূগী শিন্থা তুংইন্না,
কোরৌস্থু নোংচুপ" তিয়া তমখ্রে
পোম্বী চেক্লা খুদিংনা,
মাগী মাগী মহুমদা
শাইখপ তোইনা পাইরক্লে।
লমদক কৈদা চংলগা,
মফম কদাই য়োরগা,

পল্লগনি ইচিন ইপরাদি।
কনাগী মফমদা চংলগা
কনাগী মফমদা হায়জরগা,
অরাবা ইচিন ইপরা গী,
অর ম গৌরাং মৈচাকসে
করন্না কোক্কনি ঈশ্বর।
মহুম নৈত্রবা,
লমগী পোম্বী চেরাগুম
অরাবনি ইচিন ইপরাগী পুন্সি

বাদল—(ঈশৈ লোইরবদা) ইচে, নুমিৎসু তাশিল্লক্লে। ঙসি অহিং মফম কদারাইদা পল্লগনি ইচে। ইচে,···· ··· ঐ ঈশিং য়াম্না খোৱাংলে। চাকসু য়াম্না লামলে। ইচে ঐ য়াম্না রারেনে। (মচেবু কোন্দুনা কপ্পী)

নলিনি—(মৌপরাবু চেজেৎ কোনবীরগা) ইচেগী ইবুংঙো মুংশিবা নংবু য়াম্না রারবরনে। ঙাইহাক্তি খাংঙুকো। ইচিন ইপরাগী লাইবকসে, নোংদম্বা বিধিনা নোংদম থিনা তমগ্র-মানে। ইবুংঙো, খুন য়োগদবা কয়াম রাৎলি?

বাদলঃ—ইচে, খুন য়োগদবদি শাংবলা চীংয়াগী লম্বী অসে চৎলগা পাক্লবা লবুক অমস্তু ফাওরগা য়োগদবনিনে ইচে।

নলিঃ—ইবুংঙো, রারবস্তু রানা, খুন য়োনবা চৎশি। অদুগা ইচিন ইপরাগী বিধিনা তম্বা অমা লৈরম্লগনি।

বাদলঃ—[লম্বারোমদা য়েংলুরগা) ইচে, লম্বী অসিদা ভেসপা তোংবা নুপা অমগা নুপী অমগা লাক্লে।

নলি—য়োরক্লবরা ইবুংঙো, খামশি [মচিন মৌপরানা মথুৎ হাইরা হাংরদুনা খামলি "বাবু পালিস বাবু পালিস"

(নবকুমার অমস্তুং স্তুনিতা ভেসপা খামলগা কুমথৈ]

নবকুমার—হায় পালিস বোয়, ইবানিগীদা কয়া লৌনি?

[নলিনি খোজেলদু তাবদা লূকথদুনা পী শিন্থরি]

বাদল—বাবু, মথাই অমথকতং থোকপনি, অদুবু বাবু ইচে ইবানি ঙসি মুংদাংগী চাবা ওক্লবা...... পিবীরম্মু।

স্তুনি—মীয়া মচা লৌনবা ঙাংবদি হৈনেকো লাকওনে।

বাদল—ফনি বাবুনি. (চংশিন্দুনা স্তুনিতাগী খোংউপ নাম্থোকই]

নব—হায় কৌবুল্লি, করিগীনো লেপ্লিবদি লাও ঐগীসি।

বাদল—বাবু ঐগী ইচেদু মীৎ উদ্রে সি লোইরগা... .... ।

নব—নমিৎ তাংলবস্তু, উফুলদা ওইরবস্তু শেংদোক্লু রাওনে।

নলি —ইবুংঙো, বুজগা কাপ মহিগছু ইচেদা পীয়ু।

বাদল—ইচে, নং মুংঙাইরোই, ঐ সি লোয়রগা...... ।

সুনি —হায় মীয়া বোয়, নচে মিত্তাংবী অসিসু তৌহল্লূনে।

বাদল—(হৌগত্তুনা] ইচে সে, (বাদলনা মচেবু মখুৎ শমশদুনা নবকুমারগী মখোং তম্না পুশিল্লকই অদুগা অমুক চংশিন্দুনা সুনিতাগী পালিস তৌই)

[নলিনি নবকুমারগী খোংউপ বুজনা নান্না নান্না "ইক ইক" হায়বা খোঞ্জেলগা লোইননা পি মরিক মরিক্না খোংউপতা পোপ পোপ তারি]

নব —হায় কৌবুলি, করিগীনো নংনা কপ্লিবদি ? (তাঞ্জা অসিমক্তা নলিনিনা মনাক্তা লৈরিবা কাপ লিক্লিদু মখুৎনা থেংলুবদা হৈদোক্তুনা সুনিতাগী ফনেক অমগুং নবকুমারগী খুংগ্রাওদা খর চোংলে ]

নলি —[ই ফং ফিংনা) ও··· কাপ মহি হৈদোক্লে [মাদুনা হুগৎলি)

নব —হায় মীত্তাংবী, খুংগ্রাওশি লোইরেদো, পুমচোং চোংলে [খবরনা মমাইদা কনশিল্লি]

সুনি —(শাওনা হায় মীত্তাংবী, ইথিন্না তৌ যাদরা, ফনেকশে কাপ মহিনা শলাক শারে, মসে খোংউপশিনা হেক— —

[সুনিতা খোংউপনা নলিনিগী লাইবক্তা কাওই। নলিনি কোক ঙাওদুনা মুংগাইরক্তা তুথখি লাইবক্তা ঈনা পুমঙাং ঙাংলে) খংব্রা ঈস লোয়রে ফনেকশে।

[নলিনি হিক্না হিক্না কপ্পুনা]

নলিঃ—বাবু, বাবুনি, তোল্লবীনা মীৎ উদবনা শোইখ্রে. ঙাকপি-
যুকো। (হিক্লা হিক্লা কপ্লনা ৱা মথা তাবা ঙমদরে)

বাদলঃ—(মচেবু কোনথৎপিরগা ফিজিনা ঈ নপথোক নপথোক্লা)
ইচে ···· ইচে,··· ইস ঈ অসিদি (শাওনা) হে মুপী, নংনা
ঐগী ইচেদা খোংউপ্পা কাওবগী লমনদি লিক্লি অসিনা
নকোক্ত, থুগাইগে ) লিক্লিনা থাগে তৌই নবকুমার ফারগা)

নবঃ—হে, করিস্ত্ৰ লৈতবা, খোংয়াগী উফুল নংনা (মখুৎ পায়দুনা
লাক্তুনা চিংই বাদল উপ্রাক উপ্পা মুঙ মরক্তা শিন্তুনা তুই।
মশা পুম্বা থোগাইরে ইহং নাইহং শারে )

বাদলঃ—অয়ো - - - ইমা ( কপ্পা কপ্পা হৌগৎলকই ) ইচে—ইচে
( মচেবু কোন্দুনা ) ঐগী হকচাংসে ঈ য়াম্না থোক্লেনে ইচে।
বাবুনি নহাক্তী মফমদদি ঐগী মরাইবক থিরবী ইচে অসে
খোংয়াগী উফুলগুম্না খল্লবস্ত. ঐগী ইফমদদি মোপরাগী
মুংশিরবী ইচেনি। মতম অমদা তামোনা ঐবু লাইরিক
তাকপিখিবা, (নবকুমার স্তনিতা ইঙক ঙকই) ঐগী তেলঙ্গা
শাবিখিবা, পুখম অমতদা তামোগা ঐগা, তামোগী লাইরিক-
শংদা চাক চামীন্নখিবা.। তামোনা, ঐগী খোৎথবা চাক্তা
মহি হৈবিখিবা। মতমগুদা তামোনা ঐবু কয়াদা লুনা
তৌবীখিবা। অদুবু, ঙসিদি তামোনা মরাইবক থিরবা বাদলগী
হকচাংদগী ঈ থোকহল্লবা! তামো, ইচেগা, ঐগনা লানবা
ঙাক্তসিকো। তোল্লবা· তোল্লবী, ইচিন ইপরাবু ঙাকপিয়ুকো
তামো।

নবः—(ঙক্লা) নহাকপু বাদল। অদুগা, নহাক্লা নলিনি। পুন্নমক্ ঈশ্বরগী লিলানি (তপনা তপনা ভেসপা মনাক্তা চংখি)

সুনি —নখোই অনিবু নলিনি বাদল। (ঙক্লায়েংই)

বাদল—ইচে সুনিতা, নহাক্লা খংদ্রবননি ঐগী ইচে অসে, নহাক্লা তামোদা অতোম্বী ওইদ্রিবৈগী মমাংদা, তামোগী মুপী অহল ওইরম্বা ইচে নলিনিনি।

নলি- সুনিতা মতম অমদা নং ঐ ইন্না ইন্নদুনা শরক থুংনা চত্তুনা স্কুল কামীন্নরম্বা। ফাল অমতদা ফম্মীন্নদুনা, লাইরক তম্মী-ন্নরকপা; মতম অদুদা, নং, ঐ হক্তা শান্নরম্বা চাক পুথম অমতদা চাক চামীন্নরম্বা। মতম "দুদা, নং, ঐ, কয়াদা লুনা তিন্নরম্বা। অদুবু পুন্নমক অদো মতমগী ইচেন্দা পুপংগ্রেনে সুনিত। মতমগী ইচেল তুংইন্না ঙসিদি নহাক্লা মহারানিগুম। অদুগা, তোল্লবী নলিনিনা লম্বীগী চাকনিবা, মীগী মখোং পায়দুনা খোংউপ কাপ থাবা। ঙসি, লাইবক থীবা নলিনিনা মীৎ তাংবা মরন্না কাপ মহি নহাক্কী মমল য়াম্লবা ফিদা চোংগ্রে। মদুগীদমক্তা তোল্লবী নলিনিবু ঙাকপীয়ুকো সুনিতা। (সুনিতা পাওখুম পিরমদনা ভেসপা মনাক্তা চংখি অমসুং মখোই অনি ভেসপা তপনা তপনা থোখি)

বাদল—ইচে পৈশাসু পিরমদ্রে। সুমিৎসু তাগ্রে খুন য়োগদবসু ৱাৎলি! ইচে, অয়ুকসু নিংথিনা চাদ্রে। ঙসি খর ফংজবা সেনসু, পোকেৎ মারনা লৌবীহোরে। ইচে, ঙসিদি চরা হেনবা তারেদকো। [কিনা] ইচে মম্নী মম্নীবা অসিদা মী

অমা চীংয়ার্দা লাক্লে। মশম শোংই, মকোই চোম্মী, অমুবা ফিরোল শেৎলি। ইচে হুরানবা ডাকু ওইরমানে।

নলি বাদল, হুরানবা ডাকু ওইরবস্তু, তোল্লবা, তোল্লবী. ইচিল ইপব্রাদবু করি তৌরগবনো।

বাদল—ইচে হায়না হায়না ঐখোয় তন্না লাক্লে ইচে ঐ কিরে [মচেদা কিনা কোল্লি]

নলি—করিগীদমক্তা কিরিবনোনে বাদল। ইচেনা হায়জনি। [শ্যাম মকোক মরু ইফা ফানা মচিল মৌপব্রা তন্না লাকই]

শ্যাম—[তপনা] কীগনু নখোই। খুন্দগী তাম্লবা চিক্লবা মফম অসিদা নচিল নৌপব্রা মফম কৈদা চৎকদৌরিবনো ?

বাদল—দাদা, ইচে ইবানি মাংদা থাপনা উরিবা খুঙ্গং অসিদা চৎকদৌরিবনি।

শ্যাম— থাপনা উরিবা খুঙ্গং অসে নখোইগীরা ?

বাদল—নত্তে দাদা।

শ্যাম--[চিংননা) অদুদি··· ···· নত্তে অশেংবা হায়য়ু। নখোয় কনা কনানো ? অদুগা খুঙ্গং অসিদা করি তৌবা চৎকদৌরিবনো ?

বাদল—দাদা, ঐখোই খোংউপ পলিস তৌবা মীনি, মুসলিম্নি। মহাক ঐগী ইচেনি মীৎ তাংলে। ঐখোইগী অসেংবা যুম লৈজদে। থুংলু থুংলুবা মফমদো ঐখোইগী য়ারেকফম্নী। ইচে ইবানিনা খোংউপ পালিস তৌরুদুনা ফংলকপা সেন পোকেৎ মারনা লৌহৌরে। অদুনা ঙসি মুংদাংগী চরা থিনবগীদমক্তা খুঙ্গং অসিদা··· ···· (অসি হায়রগা বাদল রা

মখা তাবা ঙমখিদরে, মুংশিরবী মচেবু কোন্দুনা হিক্লা হক্লা কপ্লক্রে ]

শ্যাম—( শিন্থরকপা পি তৈথোক্লগা) নখোইবু মুসলিম………।
নখোইগী নতো অসে উকরগা, ঐনা নখোইবু য়াম্না মুংশি, ঙসিদগী নচিন নৌপরা ঐগীদা চৎলসি অঙগা ইবেম্মা নুপী· মচা নহাক্লা করম্না মীৎ উখিদবা ?

নলি—ইবুং শক্লবা নহাক্কী খোঙ্গেল তাবদা নচলগী মুশিরবা ইবুং অমবু নিংশিংলকই। নচলনা মীৎ উখিদবদি। তোল্লবীনা ঐগী ইপরা অসে থাকপা ঙন্নবা ১ দি মীরৈপাক্তা মহৈ তমখিবা ইবু° অমগী সেন খাবা ঙন্নবা থবক মুরম্মী। অদুবু হোজিল্লকপনা হেল্লবদা তোল্লবীনা, ইশাগী ঈবু ডাক্তরদা য়োল্লগা … ….। ইবুং শক্লবা নোংমা অকনবা নোংলৈ মুংশিৎ অমনা মরম ওইদুনা তোল্লবীগী মীৎ উখিদে নোংলৈ মুংশিৎ অদো করম্না হোরকপগে হায়বদু হোজিক্তি লিজররোই।

শ্যাম—ও…. অরাবনি, ইচল নংগী পুন্সি। নখোইগী শক্তম উক্লরগা অমদি খোঙেল তাক্লরগা ঐগী মতম কুইনা কাইন থ্রবা, ইচল, অমগা, ইনাও অমগ নিংশিংলকই। নত্তে নখোইবু অশেংবা মুসলিমলা।

নলি—ইবুং শক্লবা, নহাকপু ঐগী ইবুং মীরৈবাক্তা B. E. তম্বা চৎখিবা শ্যামলা ?

শ্যাম—মানি ঐ শ্যাম্নি। ইবুংগী ইবেম্মা ননিলি, ইয়ামম্বগী ইবুংঙো বাদল।

নলিঃ – তামো··· তামো ···। (কোইমা মাই)

বাদলঃ — তাজো তাজো ···· ( মুংশিরবা মচিন মোপরা অহুম কোয়দুনা হিক্রা হিক্রা কপমীয়রি)

শ্যামঃ—ইবুংগী ইবেম্মা নলিনি, পাঙ্গল শোল্লবী নংনা, মবুং ঐগী-দমক্তা, নশাগী ঈ য়োন্দুনা সেন থারক্লবকো, নলিনি নং ইবুংগী শক্তম অসে উদ্রবরনে। হে, ঈশ্বর, অসিরা নংগী লিলা ?

নলি—তামো,··· ····নহাক্কী চেংলো শক্তম, লাইবক চাওবী নচলনা উবা ফংদরেনে তামো। ইচেগী ইবুংঙো মুংশিবা, ঙসিদগী ইচিন ইপরাগী অরাবা অহিং মমি শামগ্রগনি।

বাদল –তাজো লাক্লবনিনা, ইচে ইবানি মীগী মখোং পায়দুনা খোংউপ পালিস তোরয়োইকো। ইচে ঙসিদগী চরা হেল্ল-রোইকো। তাজো, ইচেগী মীৎ উনবা লায়েংশিকো।

শ্যাম - ঙসিদগী, নলিনি বাদল নখোইনিবু মুংঙাইনা থমলগনি। অদুগা নল্লিনি নংবু ইবুংনা মীরৈবাক্তা লায়েংলুগনি। B. E, নং ফংনবা হোৎনবদা ইচল মীৎ তাংলবনিকো ইরৈপাক্তা B. E নং তক্ষম লৈরয়বদি ইচল মীৎ তাংলমল্লোই-দবনিকো।

(মতমসিদা নোংপোক থংবা অতিয়াদা চীংগী মরুমদগী থাজনা তরং তরং থোরক্লী থাজগী মঙালনা নলিনি বাদলগী হকচাংদা য়ৈবদা অঙাংবা ঈ অদু উবদা] হায়য়ু নলিনি বাদল নখোইগী মাইথোং অমদি ফিরোন পুন্নমক ঈ তৈরিবা মরম করিগীনো ?

(মতম অসিদা নবকুমার লাক্ত্না রা তারি)

নলি—(হিক্রা হিক্রা কপ্প্না) তামো, ইচিন ইপরানা লম্বী অসিদা লাকপদা মুঙ কাংক্রিক্কা খুদি থিদুনা তুবদগী. ইচিন ইপরাগী হকচাংদগী ঈ থোক্লিবনিনে তামো।

শ্যাম—ইবুংগী ইবেম্মা নলিনি, ইয়াম্বগী ইবুংঙো' বাদল হৌজিক্কি অরাবা পুন্নমক কাওথ্রো। অদুগা নলিনি নংবু করিগীদমক্তা নবকুমারনা··· ····। হায়গ্গু অসেংবা পুন্নমক ইবুংদা।

নলি—তামো পুন্নমক ঈশ্বর মাগী লিলানি।

(তাঙ্গাসিদা নবকুমার চংশিল্লক্ত্না)

নব—শ্যাম, নংনা হংলিবা রাহং অদুগী পাওখুম নচলনা পাক হেক পিবা ঙম্লোই। অদুবু, অসুম হংজিল্লক্লবদি খুমলক্কনি, ওইদবা কয়ানা শেম শাহনা।

শ্যাম—করি, ইচলনা পাক পিবা ঙমলোইদবা··· ···। নবকুমার ঐ নলিনিগী মবুংনি। পোকপদগী ঙসি ফাওবদা অরানবা মশক খংলক্ত্বী অচুম্বতা চৎলক্লবী ইচলনি।

নবঃ—শ্যাম, ঐসু খংই নলিনি, আদোমগী মবুংনি। অদুবু হৌফম শাৎফম তিন্নরবসু লম্বী, রাখলদি তোঙাল তোঙাল্লি তাইবং মীগী, নলিনিগী থম্মোয়না নলিনিগী, অদোমগী থম্মোইনা অদোমগী, ঐগী থম্মোইনা ঐগী, মী অমনা মী অমগী লমচৎ রাখল, মনুং হুজিনা খংবা নোক্লীংবা রানি শ্যাম।

শ্যাম—নব, নহাক্না ঙাংলিবদুসু চুমই। অদুবু মীগী লমচৎ শাজৎতি থবক্না ফিবম্না লমচৎনা খংবা ঙম্মী ঈশিংগী অরুবা

খংবদি থরো মরিমা খংই। হায়য় করি ময়মদগী ইচলবু অসিগুম্বা য়েংহৈদ্রবা ফিভম অসিদা ওইহল্লম্লিবনো। মতম অমদা নহাক্না রাশকথি, ইচলগী অৱাবদা শরুক য়াগনি, অমদি ইচলগী মীৎলুদগী পিরাং শিন্থহল্লোই হায়না।

নব: - হায়খি। শ্যাম নংনা ঙাংলিবত্র ঐসু খঙই, খঙদবা নত্তে। অদুবু নচল ইবেম্মাগী লমচৎনা মসি পুন্নমক থোক্লীবনি।

শ্যাম —ঐগী ইচলগী কবম্বা লমচৎ ?

নব— চীন অসিনা পনবদা হঙ্গোই! মপুরোইবা ঐ লৈনা লৈনা, (কপ্পা) কুপ্পোবু নচল ইবেম্মাগী অরোনবা মপুরোইবা ওইরম্বগী।

নলি—ত্তাবদা তুম্বুংলবা, চিন, য়', কেল্লবা রাফম অত্তবু, নচিন অত্তনা পল্লি। অবোক অমদি কুপ্পোগী ওইদবা খবকশিং অদু নহাক্না থাজরি। মতৌদি ফনা শিংবা মাল্লি। অদুবু ওইদবদা থাজবা নহাক অসে কয়াদা পংথ্রবা ঞ্জিবনো। পংথ্রবা নংনসু মবুং মচনগী থাজনবা মাংহনগে থৌরাংলি।

মব— নলিনি, নহাকমুক ঙকপা মুপী সংসারদা লৈরমগদ্রা ? চিনবান্দা খোইহি তৈবা অমুনবা হৈনোদা তিন চংবা করম্না খঙজুগনি

শ্যাম:—নব, নংনা ইচলবু ওক্তবীনি হায়রি। মদুগী মতিক চাবা প্রমান পিবা ঙমগদ্রা ?

নব—(নোক্তৃনা) প্রমান,.... ...প্রমান,! মদুগী মতিক চাবা প্রামান (ফুরিৎখাওদগী ফোতোগা চিঠীগা পুথোরকই) য়েংউ ফোতো

অসিগা চিঠীগশি (তোর্স অমা পি) মসি নচল ইবেম্মাগী ফিরুক উপুদগী ফংবনি।

(শ্যাম তোর্স কাপ্তুনা ফোতোদু য়েংই চিঠীদু তুমীন্না পায়) নহাক্না থাজদ্রবসু, পোৎশিং অসি কদাইদগী ফংবনো কনানা থারকপনো হায়বত্র নচল ইবেম্মাদা হংউ।

শ্যাম—(মীৎ ঈ কনা] কৃষ্ণ, কৃষ্ণ নলিনি।

[খজাইদা খুপাক্না থাজিল্লি। নলিনি হিক্না হিক্না কপথ্রে। বাদলসু কপ্লক্লে] অচচা, শাগী লমচৎ চৎপী ওক্কবী, [খোংউপনা কাওই, নলিনি শিত্তুনা তুই বাদলনা "ইচে ইচে" মচেবু হৌগৎপী] নং শিজখ্রো।

নবঃ—শ্যাম, হৌজিক্তি খংলেদো নচলগী লমচৎ। নহাক্কী B. E ভম্বগী সেন নচল অসিনা করন্না থাবা ঙম্লিবনো। নচলনা ওক্কবীগী লমচৎ চত্তুনা ফংলকপা সেন্না ননাওবু থাক্লিবনি অমসুং নংগী সেন থাৱিবনি। অদুগা, নচলনা মীৎ তাংখিবসু উধোব কোবা ঠীকাদার অমগী ঘরি হুরুবদা, ময়ান্না নচল ইবেম্মগী মীৎ তাংহনখিবনি। হৌজিক্তি পুন্নমক খংলেদনা ঐবু ৱারৌগন্নু ঐ চৎলে। কদাই পোত্তু [লৌরগা চংখি)

শ্যামঃ–ওক্কবীগী লমচৎ চত্তুনা ফংলকপা সেন্না ঐনা B E ভম্বগী খ্রস ওইরবা। ঐ শার্টিফিগেৎ মৈ থাদোকখ্রগনি অদুগা লম্বোইবা অমগী পুন্সিদা লেল্লগনি। বামোন নিঙোল খুদিং-মকপু চেন্থহনবা, নংদি শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফৈ। লাও ইবুংঙো বাদল নচে অসিনা ঐখোইবু সমাজদা মাই

উৎপা ঙমহন্দরে। পাওনিংগোল তাদবা, থাপ্লবা মফম অমদা ইচিন ইনাও চৎথ্রসি। (বাদলগী খুজেং পায়দুনা চিংই)

বাদলঃ -(নাস্থোক্লবা হোৎনরি) তাজো, ইচে পুকফবিনি, ইচেগী মরাল করি অমতা লৈতে। মীনা হায়বা থাজরুমু। ইচে অশোনবা না থবক স্থরগা, অদুগা মশাগী ঈ ডাক্তরদা য়োল্লগা ঐবুসু থাক্লিবনি। অদুগা তামোগী B. E. তম্বগী সেনসু থারিবা, অসিবু নুংশিদরনে তাজো তাজো ঐ, ঐগী মরাইবক থীরবী ইচেগা কাইনবা ঙম্লোইনে তাজো।

(শ্যাল্লা বাদলবু মরেংজুমদা হপ্লগা চৎপা হৌই বাদলনা নাস্থোরবা হোৎনরি) তাজো চিক্লবা খুন্দগী তাম্লবা নুংদাং অসিদা, ইচে মথস্তা, চিংয়া অসিদা করম্না লৈহৌগনি। তাজো ঐ ইচেবু থাদোকপা ঙম্লোইনে, (কপনা কপনা ফ্রং-ফ্রং চোংই।)

নলি- ইচেগী ইবুংঙো নুংশিবা, চৎলো নংগী তাজোগী নাক্তা। ঙসিদগী ইচিন ইপরা কাইনরসকো।

বাদল—ইচে,.... ইচে ... ঐ ইচেবু থাদোক্তুনা চৎপা ঙমলোই। তাজো, নং চৎলো ইচে ইবানি লৈহৌরগে, ঐবু থাদোকউনে তাজো। (শ্যাল্লা বাদলগী রা তাদনা পুরগা চৎলি। বাদলনা "ইচে ... ইচে" ফ্রং ফ্রং চোংদুনা কপ্পা কপনা কপনা বাদলগী ইচে হায়বা খোঞ্জেল চৌং মরুম অমদা লৈশিনখ্রে)

নলি—ইচেগী ইবুংঙো নুংশিবা, ঙসি কৌবা নুমিত্তগী ইচেবু কাওং-ঙোকো। নং তাজোগী নাক্তা চানিংবতা চা, শেৎনীংবতা

শেৎ মুংঙাইনা লৈয়ুকো। হন্দকী মপোক লাংওন অসিদদি' ঙসিনা ইচিন ইপৱাগী অৱোইবা উনবা মুমিৎ ওইয়ু হায়দুনা তমলমগ্রমানেনে নোংদম্বা বিধিনা। হয়েংমুক্কী মপোক লাংওল অমদা ইচেনা লান্দবমক্তবু ওইরবদি ইচিন ইপৱা, তামো ঐখোয় অমুক ইমা অমতগী গর্বভদা পোকমীম্নশিকো। (মতম অসিদা গুন্দাগী ফিজেত্তা কুঞ্জো অমস্তুং কালি চৌংয় অসিদা লাকই। নলিনিগী মতৌ লোম্না য়েংই)

হে পেম্মা য়েলহৌ ফবী, তুংগী পোলোই য়েংনশি, ইপা ইপুগী পাওরৌ অচুম্বনি। হিংবদা কান্নদ্রবা নলিনি নংগী পুন্সি কেমলসনু খাংঙ্‌থক্তা। কেমগ্রবনু হকচাংনা, নলিনিগী অসেংবা থম্মোই অসিবুদি ঈশ্বর নংনা অমুক্তংদি সমাজদা খংহল্লকউকো, ইচেগী ইবুংঙো মুংশিবা, ইচেদি চৎলগেকো. লৈহৌরোকে।। হা পলেম পম্হৌ নচামু নখোইগী নাক্তা লাক্লগে (অসি হায়দুনা ফিনুংদগী হৈজ্রাং পুখোরক্তনা থম্মোইদা থিনগে তৌবা মক্তদা কুঞ্জোনা চেনশিল্লক্ক্‌না নলিনিগী খুত্তগী হৈজ্রাং মুল্লি)

কুঞ্জো—মতম কুইনা ঙাইরকপা তাঞ্জা ঙসিদি ফংলে (নলিনিবু ফাই)

নলি—থাদোকউ ঐবু শোক্কনু। ইপুরোইবা লৈবা মুপীনি ঐহাক থাদোকউ (ইন্থোকই)

কুঞ্জো—নপুরোইবা অদুনা লুখাক লা খোংবান্দা হুনজেকপগুম হুঞ্জেক্লবী নংবু অনৌব' নপুরোইবা অমামুক লৈরবরা ?

নলি – হে শা, নংনা ঐগী পুন্সিবু লৈখা তাহনবা, নচিন অদুনা অদুগুম্বা ব্রাবু পল্লি। নং; ঐনা মীৎ উরমলবদি নচিন অদু থাংনা শিংকুপ শানা য়াম্লমগদবনি ঐরু থাদোকউ শা।

কুঞ্জো – তুমিন লৈয়ু নং ঐগী নুপী ওইরগদবনি।

নলি:—নংনা, ঐগী মপাম্বোংগী কাম্নদ্রবা হকচাং পোলাং অসে ফংহৌবা য়াই। অদুগা আত্মাদি নহাক্না ফংবা ঙমলোই। লংকাগী ব্রাবোম্না, সতি সিতাগী মশা শোক্লবদগী শাগৈ অমদি, মশা উং ওইনা তুম্বগুম। ঙসি নংনা ঐগী ইশা শোকপদি; ব্রাবোনগুম্না তুম্বা ওইয়ু। ঐনা অসেংবা সতিমক্তবু ওইবা তারবদি। হে ঈশ্বর নংদি তোল্লবা তোল্লবীগী চংজফম্নি হায়বদাই। ঙসি নলিনিগী অব্রাবা দশা অসিদগী অমুক্তদি কনবীয়ুনে ঈশ্বর।

(কালি তুমীন্না য়েংবা ঙমলক্ত মানে)

কালি: – ঙাইখো ভাই কুঞ্জো, সতি নলিনিগী মশা শোক্লমু, থাদোকউ। ব্রাবোনগী দশা তারক্কনি।

কুঞ্জো: –ভাই কালিগী ব্রা ঐ লৌদে!

কালি:—ঐনা হায়রিবা অসিনি, নলিনিবু থাদোকউ। অদুগা নংঙোন্দা করিগুম্বা ব্রা খরা হায়গে।

কুঞ্জো:—(থাদোক্লগা) করি ব্রানো? (নলিনি তুমিন্না লেপ্লী)

কালি—নম্বর ব্রান, নলিনিগী মরাল লৈতে। নলিনিগী ফিরুক উপুদা চিঠী অমসুং ফোতো লৈরমই হায়বদু। ঐ মরুপ ১দি ইন্দোল চাওবী, ঐখোই অহুমগী খুজিল থোরাংনি হায়দুনা ডাক্তর নবকুমারদা খংহল্লবা।

কুঞ্জো—অদুরা নংনা হায়নিংলিবা রা।

কালি—নম্বর টু, হায়রিবা থবক অসিদা, লমজিং মৈরা পায়বী ইন্দোল চাওবীবু হাৎপা। নম্বর থ্রি, লোক অমদা কৈ অনি কুনবা য়াদবনা স্নুনিতাবু হাৎলগা, নলিনিনা মত্থৎ শিলহনবা। নম্বর ফোর ঐগী অমদি মরুপকী লৈজরিবা লন থুম পুন্নমক য়োম্থোক্লগা নলিনিগী মীৎ উনবা লায়েংবদা দান তৌরম্মা। হায়রিবশিংশি মুন্না খল্লু পাপতনা য়োল্লবা ইবানিগী হকচাংসে পুন্য খর তৌসি হায়বনি।

কুঞ্জো—অপাম্বগী ময়াইনা, ঐ পাপ পুন্য মশক খংদে। নলিনিবু থাদোকপা ঙমলোই।

কালি—অদুদি নংগা ঐগা চেলেঞ্জ (খংহৌদনা কালিনা থাং শং-তোক্লগা কুঞ্জোদা য়ানথৈ কুঞ্জো লাওরমলগা তুখখি)

নলি—(লাওই) মী হাৎলে, মী হাৎলে [ মফম খংদনা চেল্লিখুদি থিদুনা তুশিল্লি)

কালি—সতি নলিনি ফিংগৎকনু, তুরিবসি কুঞ্জোনি। কুঞ্জো ভাই, সতিগী মশা শোকপদি খুদক্তা চুমই হায়বদো খংলবরা ?

কুঞ্জো—( অরাবা খোঞ্জেলনা-) লিম্না, মখুল চংলমদাইদা চুমই হায়বগুম, ঐগী অরোইবা মতমদা ঐগী ইরাল খংলক্রে। হে অপাম্বা, নহাক অসে ওন্থোক্লা শাথিপ্রেদা, পাম্লিবা পোৎ অহু নত্তনা পোৎ অতৈনা শিনবা য়াদে। ফংলরোইদৌবদা অপাম্বনা মচু শংগ্রবা, থম্মোয় অদুদি অরেম্বা ওইগনি মাগী পুন্সি। ভাই কালি, নংনা হায়রিবা থবকশিং অদো

পাংথোর্‌কে।  সতি নলিনি, নহাক্কী মফমদা পাপ চেল্লবা কুপ্লোনা খুরুমজরি ঐগী ইরাল অসে নহাক্লা অমুক্তা ডাক-পীয়ুকো (শিবা)

নলিঃ— ইবুং শক্লবা পুন্নমক ঈশ্বরগী লিলানি। নচলবুস্থ বায়ৌন্নুকো।

কালিঃ—ভাই নং শিরবরা, ফরে শিরো। পোক্লবদি শিবা হৌনাশানি। অকোন অহানগী ব্রাদনি। (অশিবা কুপ্লোগী মশাদু মরেংজুমদা থোংগৎলগা মনাক্তা তারম্বা চৈ অমা খুল্লগা) চৎসি নলিনি, চৈ অসিদা পায়য়ু। অদুগা ইবুংগী তুং ইল্লকউ। পাপনা য়োম্লবা, ইবুংগী হকচাংসে পুন্যাগী থবক থর তৌরগা, পাপ অসে থরদং ওইরবস্থ কোকপরা য়েংগে।

নলিঃ ইবুং শক্লবা, লাইবক থিবী নচল, সমাজ অসিদা অমুক হন্না মাই অসে উংনিংগ্রে। লমথাংদা নচলগী পুন্সি ইশ্বস্থগে অদুগা, নচলগী অসেংবা থম্মোইবু, ঐগী ইবুং ১দি ডাক্তর নবকুমারদা, থর থংহনবীয়ুকো।

কলিঃ—নত্তে নলিনি, ব্রাথল অদু ওন্নরে। লাও ইবুং লমজিংগে, চৈ অসি পায়দুনা ইবুংগী তুং ইল্লকউ (নলিনিনা চৈদু পায়, কালিনা চিংলদুনা অমম্বা আহং অদুদা তপনা তপনা চৎলি)

*Light of*

---

# অরোইবা উৎপা

মতম—মুংদাং অথেংবা।   মফম—ডাঃ নবকুমারগী য়ুম।

(নবকুমারখোইগী কোম্থোংলোমদগী কালিনা নলিনিবু শম্লদুনা চংলক্লুরা সুমাং মতোন্দা লেপ্পী)

কালিঃ—ইরেম্মা নলিনি, নহাক মফম অসিদা ডাইহাক্লবং লেপ্লম্মু (নলিনিবু থনমলগা চুরি তাফমদা চংশিল্লকই) য়ুম অসিগী মী পুম্নমক মপান্দা লেংথোক্নীরকউ।

চাওবীঃ—(থাউমৈ অমগা থোরকই) কনানো নহাক্ ?

(মতমসিদা নবকুমার অমসুং সুনিতাসু থোরকই)

কালিঃ—ঐ নহাক্কী ভম কালিনি, ও…… নখোই অহুম সুরেদনা য়েংউ, সতি নলিনিদা লংজরুবদগী কুপ্পো অসে শিরবনি (নৈমাইদা থাদে অদুগা পিস্টোল পুথোরকই) নখোয় অহুম নখুৎ থাংগৎলু (মখোই অহুম ওক্না মখুৎ থাংগৎলি) হায়য়ু ইন্দোল চাওবী, নলিনিগী, ফিরুক উপুদা ফোতো অমসুং চিঠী কনানা হাপচিল্লি। অদুগা, উধোব ঠীকাদারগী মচানুপী ইন্দিরাগী ঘরি নলিনিনা হুবা তাহনখিবা মীশক্কো কনাননো ?

চাওবীঃ—(কিনা) মরাল লৈত্রবী, ইমো নলিনিগী ফিরুক উপুদা ফোতোগা চিঠীগা, কুপ্পোগা ঐখোয় থম্মরগা ঐনা হাপ্লনি।

নলিনিনা ত্তোটিদা ইশিং থকপা চথখিবৈদা ঐনা নলিনিগী, চেংথাও অদুদা ঘরিত্তু হাপচিনবনি।

নবঃ– ইমা······· পুম্নমক নহাক্না খুরক্নী ইনা লাই শারবা। ঐনা মরাল লৈত্রবী নলিনিবু উফুল্লকী লৈয়াং ওইহনখ্রবা পংইদকো ঐসে, মীৱা থাজবা। নলিনি, থল্ল খল্লবগা নবকুমারগী থম্মোয় পুবা য়াদরে। নলিনি, ঐগী থম্মোয় অতিয়া অমুবা লৈচিন পাইথোকখ্রে, থা থবানমীচাকশিংনা লৈতেংলবা শংবাম্নরবা অতিয়া ওইরক্রে। নলিনি, নহাকপু মফম-কদাইদা লৈবগে। হায়য়ু কালি ঐগী মরাল লৈত্রবী মুশিরবী নলিনি মফম কদাইদা লৈ ?

কালি–ডা নবকুমার নং মঙফাওনরে নং মীৎ পাংলে নংবু মঙ মঙহল্লবা নংবু মীৎ তাংহল্লবদি ঐনে কুপ্পোনে, নমানে, ঐথোই অহুম্ননি। হায়য়ু নবকুমার, নলিনিবু মফম অসিদা পুরক্লবদি লৌশিনবীগদ্রা ?

নবঃ– করিগীলৌশিল্লোই, ঐগী থবাইগী থবাই ওইরিবী নলিনিবু খংদবনা লৎনরুবনি। মহাকপু মফম অসিদা পুরক্লবদি ঐনা মখোং পায়দুনা হায়জগনি, পংলবা ঐগী ইরাল অমুক্তা ঙাকপীযু হায়দুনা, অদুগা অমুকহন্না মা, ঐ, পামীন্নখিশি হায়দুনা।

কালিঃ–নংগী বা ত্তাবদা কালিগী নিংবা থুংলে। অদুবু লোক অমদা কৈ অনি কুনবা য়াদে অদুদি··· ফরে ঐগী থবক পাংথোরগে। প্যাপনা পাপকী লম্বীদা, পুন্যানা পুন্যাগী

লম্বীদা য়েংউ শুমাং মতোন্দা অমম্বা মরক্তা লেপ্লীবসে অতৈ কনাস্নু নত্তে নহাক্কী নলিনিনি (অসি হায়রগা খংহৌদনা চাওবী অমস্নং স্নুনিতাদা পিষ্টোল কাপ্পী। চাওবী অমস্নং স্নুনিতা লাওরম্লগা লৈমাইদা তুখি অদুগা কালি খংহৌদনা চেনখি )

নব :—ইমা,... স্নুনিতা ...(ঙক্না লেপ্তূনা লৈ)

নলি :—নত্তে তাদা কালি, নংনা তৌরিবা অসিবু করিনো মাংলে। হায়য়ু তাদা, নং মী হাৎলবরা ? (রানা লেপ্পী)

চাওবী :—(অতপ্পা খোঞ্জেলনা ) ইনেমগী ইবেম্মা নলিনি.। ইনেম্মা নহাক্কী মফমদা লানখিবা ইরান পুম্নক ডাকপীয়ুকো সমাজগী চৎনবীবু কিরুবদগী, ইনেম্মা ইমোগী মাংনবা শিনখিবনি। অদুগীস্নু মথক্তা ঐনা ইনাকখুনবী নিঙোলবু পাম্লবদগী, পুম্নমক অসে পোকখিবনি। অদুগা ইচাগী ইমৌদি ইচানা থিগদবনি, ইচানা পাম্লীবদু ফররবদি মমা মপা ওইরিবা ঐখোয়না হাও, ময়াং. ওইরবস্নু পামগদবনি। ইমাগী ইবুংঙো নবকুমার নং নলিনিবু লৌশিল্লকো (শিবা)

স্নুনিতা :—(মৈচাক থাংনা থাংনা) উনা, উনা, উশিন্নদা, থংনা থংনা খংজিন্নদা, মহৈ ফংলে স্নুনিতা ঐদি। লাও চংশিল্লকউ ইতা সতি নলিনি।

নলিনি :—ইতা পুম্নমক ঈশ্বর মাগী লিলানি। কনানা কনাবু, রারৌগম্নুসিকো ইতা। (মখুৎনা মা মাতুসা চৎলি)

স্নুনি :—ইতা, ...ইতা ....নহাক্কা ডাক্তর বাবুগা ইনাক্তা অমুক্তা চংবীরকউবা।

(নবকুমারনা তপনা চংশিন্দুনা নলিনিগী খুজেং পায়রগনা স্থনিতাগী নাক্তা চংশিল্লকই)

নখোয় অনি ঐগী নাক্তা ফমথরকউ। স্থনিতানা নবকুমার অমস্থং নলিনিগী খুজেং অনিদু তপনা পায়রগা) ইতা নলিনি, নং, ডাক্তর বাবুগী সেবা, নিংথিনা তৌবীয়ুকো। অদুগা, ডাক্তর বাবু, নহাক্না ইত'বু লুনা তৌবীয়ুকো। ইতাগী, মীৎ উনবা লায়েংবীযূকো। অদুগা ইতাগা ডাক্তর বাবুগনা তামো শ্যামগী মফমদা অসিমতংদি হায়বীযুকো, "স্থনিতাগী পুন্সিদি ঙাইঙমদা চাকচা চেং চংলে, হায়দুনা অদুগা, সংসারদা লৈরিবা নুপী খুদিংমক স্থনিতাগুন্না খনবীগনু, নলিনিগুম্বী নুপীস্থ নুপীরক্তা য়াওই হাইদুনা" (অসি হায়রগা নলিনি অমস্থং নবকুমারগী খুৎ অনিদু শমজিন্নরমলগা খংথা থাদোকখ্রে)

নলি —(কপনা ফপনা) ইতা, নংনা ওইরিবা অসিগুম্বদনা ঐখোইস্থ নোংমদি শোইদ্রবনি। ইতা নতাবু রারোগনুকো।

নবঃ—(স্থনিতাবু চেজেৎ কোল্লগা কপ্পা) স্থনিতা নং ঐবু রারো-গনুকো। ঙসিগী থোদোক অসিবু মঙলা তাইবংলা ঐ খংদ্রে।

(মতম অসিদা শ্যাম অমস্থং বাদল চেনশিল্লকই)

বাদল—ইচে...., ইচে..., (মচেবু কোললি) ইচেবু, তাজোনা লুনা তৌরগনি। ইচেগা ঐগা কায়নররোই।

নলি—(মৌপ্পাবু কোনবীরগা) ইচেগী ইবুংঙো ঙ্গশিবা, ইচিন ইপরাদি হন্দক্কী মপোক্তা নত্তনা মপোক মপোক খুদিংদস্থ কাইনরোইনে ইবুংঙো।

শ্যাম – ইবুংগী ইবেম্মা নলিনি,। ইবুংনা ইচলগী মফমদা খংলুদবনা লানখ্রে। নং ইবুংবু ৱারৌগনুকে ।

নলিঃ – ত'মো নচলবু খোংগাওনবীরগনুকো তামো (শ্যামগী মখোংদা ভুই)

শ্যাম—হৌগৎলু ইবুংগী ইবেম্মা নলিনি, (মচলবু হৌগৎপী) ইবুংনা ইচলগী মফমদা লানখ্রে।

নব- ইবাই, নশেলবুস্থ ও কপিয়ুকো (খুকমই শ্যাম তুমিন্না লেপ্তুনা লৈ ) লৈমাইদা নিংঙাইবা লৈতনা য়াতারিবশিং অসে মাগী মাগী কর্মগী মতুং ইন্না ফংজখ্রে। ঐখোয় পুন্নমক্কী মীৎ তাংহল্লম্বদি ইশানে কুঞ্জোনে, কালিনে, মখোয় অসিনি অদুগা মরাল ইরৈ লৈতনা খংনা খংনা শংজিন্নরমদবা স্থনিতাস্থ তাইবং থাদোকখ্রে । অদুগা ইবাই নলিনিবু হয়েংমক ফোরেন্দা চত্তুনা লায়েংজরুরগে।

শ্যামঃ – নবকুমার পুন্নমক ঈশ্বর মাগী লিলানি। (অসি হায়রগা নিংঙমদনা অশিবা স্থনিতাবু য়েংলি। অমরোমদা নলিনি বাদল মচিন মোপরা মীত্তগী তারকপা পিরাংশিংদু তৈথোক্লগা তিঙক তিঙক লেপ্লী। তাপ্লা অসিদা কোন্থোংলোমদগী জিপ অমা লাইত ঙাম্না থাল্লগনা কন্না থৌজিল্লকই খাম্লগা জিপতগী উধোপ ঠীকাদার অমস্তুং ইন্দিরা কুমথরকই ময়াম ঙক্লা লৈ)

উধোপঃ—নলিনি, খুরানা নংগী মফমদা শাথিনা লানখ্রে। খুরাবু ঙাকপিয়ুকো নলিনি। ফত্রবা চাওবীনা, ঐগী মীত্তু উং চাইশিল্লম্লে। নলিনি নংবু ঐনা মীৎ তাংহল্লবা। নলিনি

খুব্রাগী পাপ চেল্লবা মীৎ অনিসে থুগাইদুনা লমন শিংলোনে নলিনি। (নলিনিগী মখোংদা তুই )

নলিঃ—খূব্রা ইবুংঙো, হৌগৎপীব্রো তৌহোইদে (হৌগৎপী) খুব্রা ইবুংঙোগী মরাল করিস্নু লৈতে । পুন্নমক নলিনি ঐগী লাইবক্লনি।

ইন্দিরা—ইচেম শক্লবী, ননাওবুস্ন ঙাকপীযুকো (মখোংদা তুই)

নলিঃ—ইবেম্মা পুকচেল চাওরবী হৌগৎলু তৌহোইদে (হৌগৎপী) (ময়াম তুমীন তুমীন লৈ। শ্যান্না ইন্দিরাদা লোন্না য়েংলকই। ইন্দিরান্ন শ্যামদা লোন্না য়েংই। লোন্না য়েংনবা মীৎ মরি থেংগাইনৈ।

—লোইরবা—